# নিঙোল

( অহানবা পন্দুপ )

ইজবা

এম. রামচরণ সিংহ

কিতাব মহল

পাওনা বাজার. ইম্ফল

মমল লুপা ২.,

# নিঙোল

(অহানবা পন্দুপ)

## অহানবা শরুক

### ১বা উৎপা

(হেমন্তগী য়ুম, লুমিদাংবাই — থোংজাও অনি পানবা মাঙ্গোল, টেবিল অনি, চেয়ার অনি, ফুলগ্গ্ সনাচংবা লৈতেংতুনা লৈ। রজনী মচা পয়দুনা ঈশৈ শকুনা লৈ।

ঈশৈ

লুম, লুম, লুম,—

পারী নরা চাউদ্রিবা!
ইমাগী ফৈরা তাজিন্থক,
খোয়েন তুমখুন তাল্লোনে।

লুম, লুম, লুম,—

পারী নরা চাউদ্রিবা!
থম্মোইগী থাজ মুংশিবা!
মীরেন মপুং ফাদ্রিবা!
থাজ মপুং ফারোগবা,
ইমাগী 'মন্থা কোকহল্লো।

হুম, হুম, হুম,—

করম্বা লোইদাম থাজদা,

পারী কাংদোং ফাহুনা,

পম্থৌ শরেপ ফংগবা।

নহাক তুম্নরোইদ্রা ? শেঃ ঙহাক্তা তুম্মোশে, ইমাবু ইমুংগী থবক-ইনথাং খরা নোমশিনগেশে, শেঃ তুম্লোশে…,শেঃ……, হুম-হুম-হুম। ( মতম অসিদা মোহিনী য়াম্না কেনা থোরকই ) কদাইদনো মোহিনী ?

মোহিনী— ইনম্মা ! ঐ থবক অমত্তা ঙহাক্তা চৎলুগে।

রজনী— ইবেম্মা নহাক্কী থবক অসে ওম্থোক্না লৈখ্রেদকো, ঙহাক্তা য়ৌনা য়ুমগী মখাদা লৈত্তেদকো ইবেম্মা।

মোহিনী— মীনা থবক লৈহুনা চৎচববু ইনম্মনা পান্নবিরিবরা ?

রজনী— ইশেঃ পান্নবগী রা নত্তেনে ইবেম্মা ! নহাক্কি হৌজিক্কী মতমদা মপামদা হল্লক্কুনা লৈবা নিঙোল হায়বহু থোকইদো, অহুগীদমক্তবু ইনম্মনা হায়বনি।

মোহিনী— ঐনা ইপামদা হল্লক্কুনা লৈ হায়হুনা ইমুং অসিগী মাংতাক্নবা অমদি চোপ্পনবা শিনবা যাওখ্রবরনে।

রজনী— ওম্থোকপনিদকো নহাক অসে ! মহুগী রা নত্তেনে ইবেম্মা,— মুপী ওইবী ঐখোইনা নিঙোল ওইহুনা ইপামদা হল্লক্কুনা লৈরবদি য়াম্না চেকশিন্না লৈগদবনি। নত্তহুনা লমজাওদা, শোরোক্তা, লৈকাই রাংমা লান্না কোইচৎ চৎলবদি মীগী মীনোক চংলক্কনিদো। পংগন্থ মোহিনী !

মীনোক চাউরবা তাইবং অসিদা মুপী ওইবী ঐখোয় অসে য়াম্না রানা লৈবনি; খোংথাং খুদিংগী মীনা মিৎযেং চংবনি।

মোহিনী— নত্তে, ইনস্মনা হাযবিরিবসিবু — খোংথাং খুদিংগী মিৎয়েং চঙিঙ হায়দুনা, খোং খূৎ অসি য়োৎহ্লিং থাংদুনা, মুংশিৎ মুংশা চাদনা ইমুং মনুংদা অসুম কাংখথাংগুম তাদুনা লৈয়ু হায়বিরিবরনে?

রজনী— মদুমক্তি ইনস্মসু হায়দেদনা। চখোক্কনি, করিগীসু চখোক্লোই, অদুবু মতম নাইনা মফম চানা থবক্কী মতুং ইন্না চখোককনিদনা।

মোহিনী— ইনস্মা! ঐনা চৎলিবসিসু ইরাংদা অরেম্বদা চৎপা নত্তেদা, ঐগী থবক্কী মতুং ইন্না চখোকপানদা।

রজনী— নহাক্কী থবক অদো ইনস্মা য়ামনা মুন্না খংঙি, নঙোন্দা রা অমা হায়গে নিংনা-নিংনা হায়বা ইঙ্গ ঙমদদুনা লৈরম্বনি; ঙসিদি হায়বা তারে মুন্না তাও— নহাক্না বীরমঙ্গলগী আশা তৌরিবা অদো ঐ খংদবা নত্তে, য়াম্না মুন্না খংঙি, মদু ফত্তে থাদোকউ। বীর-মঙ্গল হায়বা নিপা অদো মশক মতৌ ফজে, ইনাক কৈরাক খুনবা, শাগৈ জাৎ ফবা মচানি, অদুম ওইনমক মহাক্তি মুপী নহা থিজদ্রিবা পাখং অমনি। নহাক্না চিরবা মতমদা মাগী মতুং ইন্দুনা চৎলুহদা মাবু পোকপা অহললমন্না হরাও-হরাও তৌবিরম্লোই, নংবু ইঙ্খোয়ক্কনি,

লাপ্পা কাওথোরক্কনি। মতম অত্তুদা নহাক্না ইকাইবা, মাইথিবা ফংবতা নত্তনা নংগী তামোংখোই পূম্নমক্কী মমাই খুগনিদো ইবেম্মা। অত্তুনা·········।

মোহিনী— হেঃ মত্তুং অসিদদি ইমুংগী থবক-ইনখাং থোকপদা পাঞ্জি অমুক য়োদ্রবস্ত য়ারেদনা।

রজনী— পাঞ্জিগী রা নত্তেনে, নুপী নহা থিজদ্রিবা মচা পাথংনা মৌ পুশিল্লক্নগা শাউবা হায়বসি হৌনশানিনে ইবেম্মা। নহাকপু ইন্থোরক্লবা, কাওথোরক্লবা মতম অত্তুদা বীরমঙ্গল হায়বত্তুনা নংগীদমক্তা কৈদৌইঙদস্ত লেপ্পিরোই। নংগী বীরমঙ্গল হায়বা পাথং অদো ইনম্মা মশক য়াম্না মুন্না খংভি, মরিল চুমদবা, মীগী তৌমবিল খংদ্রবা মীশক অমনি। পংগনু মোহিনী! ইনম্নমা হায়বা ইল্লু। ওসি খংদে হয়েং খংদে, নোংমা নত্রগা নোংমা শোইদনা শিরগদবা মীওইবগী পুন্সিদা ফত্তবা মিংচৎ থনমগনু, নহাক্কী নপুরোইবগী ময়ুমদা চংনবা তৌ। নিপা মহাক্না ওক্ত-শিংদ্রবস্ত নহাক্কীদি গুরুনি, ঈশ্বরনি, মহাকপু থাদোক্কনু। মহাক্না কাওথোরকপা থোক্লবস্ত নুপী 'ওইবী নহাক্তি মিৎয়েং অনি শুরোইদবনি, মতম পূম্নমক্তা নপুরোইবা অত্তুগী অফ-মুঙাই রাখলতা খন্দুনা লৈগদবনি; মাগী মূর্ত্তিতবু থম্মোইমুংদা চেৎনা কোন্দুনা লৈগদবনি। নুপী ওইবীগী পুন্সিদা মমং অনি শুরবদি

মীরমলেন্দা অথিবা মিংচৎ ফংবদা নত্তনা লাইরমলেন্দা ফাওবা চংজফম লৈরোইদবনি।

মোহিনী— হুমঃ রাতাদি য়াম্না ফজখ্রে, ইনম্মনা হায়রিবা রাশিং অদো অতাবা কনা'মত্তনা লাল্লি হায়রোই অতম ওইনমক ঐ অসিম্ব ইশাগী অফ-ফত্তা খন্নবগী চপচাবা রাখল লৈজরি। ঐস্ব কান্নরোইদবা থবক্তি কৈদোউৈদস্ব তৌরম্লোই।

রজনী—মোহিনী! ঐদি নংগী ফনবতা খনবা মীশক অমনি, নহাক অসিবু হেক পোকমিন্নবা ইনাওগুম্না নিংঙিদো অতুবু নংবু ফহন্নিংতুনা হ'য়বা রাশিং অসে নহাক্না নোংমতা য়োনা লৌবা লৈত্তেদকো ইবেম্মা। (মোহিনী ংংকে তৌবা) মোহিনী! ঙসিদি ইনম্মনা হায়বা ইল্লু। নহাক চথোকখ্রম্নু। নংগী ত'মোখোয়স্ব অফিসতগী কুমলক্লগনি, ইনম্মা ইমুংগী থবক-ইনখাং খর নোমশিনগে, নং অঙাং অসে ঙহাক্তা লৌবিয়ু।

মোহিনী— হুমিৎ খুদিংগী·· ঙমজদ্রেদ', অঙাং লোননবা মীনাই অমা থম্বীরো, করিনো ঐবু অউন্নাইদোনা —।

রজনী—য়াম্না রারোরবরনে? শাউনু শাউনু, ইমুং অমদা লৈমিন্নবা হায়বা অসিদি হায়নবা হৌনৈ হায়ত্তুনা অতুক হায়বনি কল্লি লৈব থবক্লো শিবো, চৎলো চৎলো, নংনা চৎকদবা চৎলো।

মোহিনী— করি থোকই হায়দনা…(চৎকে তৌবা Inspector বসন্ত চংলকই)

বসন্ত— কদাইদনো মোহিনী? করি থবক লৈহুনা কদাইদা

চৎকদৌরিবনো ? ইতৈমনা য়ানা চৎকে তৌরিবরা ?

রজনী— থবক অমা চৎকনি হায়, চৎচরুশনু কৈদৌবগে।

বসন্ত— মানা চৎনিংলগা হেক চৎলবদি ইমুং অসি মানা পাল্লিবরনে ? ঐ থংঙি, ইতৈমনা চৎকনু খোৎকনু হায়বা অসে মাগী মনাদা করিসু হাপ্পম্মোই। নহান মথৈ ঙাংঙরোই হায়তুনা অমুম তুমিন্না খাংতুনা লৈববু —নংনা তৌজবা শারিবসিবু করিনো। নংগী ফজবা নরা-নপাউনা নাকোং অসে পিক থল্লবনি। মপুরোই-বগীময়ুমদা থিনবিগে হায়বসু য়াদে অতুগা নংনা ঐখোয় পুন্নমকপুসু মাই খুহল্লে। নংনা ঐখোয় লৈত্রগা য়ুমগী মখাদা ঙাহাক্তা লৈত্রিবসিবু কদাই চৎলিবনো ? নহাক্না ইমুংগী চাবা পুবিরিব্বরা ?

রজনী— তুমিন লৈরো ইবুংঙো ! নহানিনা অতুক...।

বসন্ত— নহাসু ওইরগা লমসু হেল্লবদি মনম খরা নাবা তারে। ইতৈমা ! ইতৈমনা য়ুমদা লৈবা কৌই, অতুনা ইতৈমদা শিন্নজরিবসিনি— য়ুমগী থবক-ইনথাং চৎপা, ঈশিং-মাইশিং শোকপা চৎপা নত্তুনা খুবৈ অমা ফাওবা মপান থোকহনবা য়াদে। হৈঃ নং হায়বিরিবা অসিনি— ইতৈমনা হায়বা ইন্দতুনা লম হেক হেল্লবদি নখোংচু থুদেকতুনা থমগদবনি, খংলবরা ? চৎলো ইমুংদা, নশক অদো য়েংনিংদে, নফি নরোল হোংদোকলু, মীনা হায়রগা অমুক লেপতুনা লৈরিবসিবু। ( ফুগে তৌবা, রজনীনা

খামজনা ইমুংদা চংমিন্নখিবা) মসি পূন্নমকসি ঐখোয তমোহন্না থোকহনবা ঙাক্তনি। হা—ইমানা লুনা শিন্নরম্মী, অমত্তা য়াওবা নচলনি, খিনা তৌবিন্নু, মপুক নুংশিহনগনু হ'যবম্মী হাযজনা মানা হায়বা ইনবদগী অশুম নরাংখ্রবনি। ইতৈমা ! তামো লাক্লগা হায়বিয়ু—নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা মোহিনী অসি মপুরোইবগী মযুমদা খিনবিনবা তৌস হাযরম্মী হায়জনা খরা হায়বিযু।

রজনী— নঙাক্তি অমুক কদাইদা চংকদৌরিবা ?

বসন্ত— ঐ হৌজিকনক থবক অমা চৎলুখিবা তারি ; হোরেল খবা থে'না' হল্লকপ য'ই হাযজনা Torch light লৌগে লাকপনি। কদাই অঙাং অদো ঐঙোন্দা পিরম্মু, Torch light অমুক্ত লৌথোকপিকচো।

( বসন্তদা অঙাং পিরম্লগা চংখিবা ) য়াঃ নং ঐবু খত্তবরা ?

(অঙাং লংনজনা লৈরিঙৈদ' রজনী Torch light পায়জনা থোরকই)

রজনী—শেঃ ইবুংঙো ! [বসন্তদা পিবা]

বসন্ত— লৈহৌরোকো —। [রজনীদা অঙাং পিবা]

রজনী—ইবুংঙো ঙন্না হঞ্জিল্লকউ, পংথেং থেংঙক্লনু।

বসন্ত—হো'ই। [থোকখিবা]

রজনী—কাক! চৎখরে, নংস্থ চৎকেরা ?

(রজনী চংখিবা, মোহিনী থোরকই)

মোহিনী—অফবা নুমিৎ অমা য়েংলগা ঐবু খিন্নবা তৌনি হায়বা ! মখোয়না ঐবু লৈহন্নিংদ্রবা, ফৈ…।

[হেমন্ত লাকপা উবদা কপশিন্নবা ]

হেমন্ত— মোহিনী ! করি তৌরে ? নুপীমচা ! নংনা কপ্লিববু কনানা করি হায়বগে ? শেঃ তামোদা হায়য়ুনে ।

মোহিনী— ইনম্মগা তামোচাগনা…।

হেমন্ত— মখোয অনিনা কৈদৌরিবা ?

মোহিনী— মখোয় অনি চংহুনা ঐবু ফুরিব', চৈরিবা।

হেমন্ত— ইচনবু মখোয় অনি চ'হুনা ফুরিব', চৈরিবা ? নংনা করি হাযরুহুনা ?

মোহিনী — ঐনা করিস্ত অকাইবা হাযকবা নত্তে। ইনম্মদা ঐনা—তামো'খোয় হল্লক্লগনি, অঙাং অহু ঐ লৌবিগে, তামোখোযগী থরুবা চা লোন্নবা ঈশিংগা শাহন্দুন' থম্মো হায়না অ'সিন্তা হাযরুবদ' ইনম্মনা ঐবু পংশাউদা শাউই। অহুদা তামোচা হল্লক্লগা ইনম্মনা তামো'চাদ করি করি তনশিনবদগীদি তামোচানা ইনম্মগী মিচং চংহুনা ঐবু যৈরিব', ফুরিবা।

হেমন্ত—তোকও তোকও, কপ্লগনু। ঐ মখোয়দা রা হায়গে। ননম্মদি ইমু'দা লৈবরা ?

মোহিনী— লৈরমগনি।

হেমন্ত— রজনী ! রজনী !

রজনী— (ইমুংদগী) লাকচরে লাকচরে, ঐ অঙাং অমুক্তা শুম্বা হোৎনজরিয়ে।

হেমন্ত— অঙাং শুম্বকা লাইরি, নংসু থোরকউ, অঙাং অহুসু পুরকউ।

মোহিনী— ত'মো ! ঐ চাখুম তোঙাজরগে— ।

হেমন্ত— করি মোহিনী ! নংবু ঐনা তোঙান্না পিজবা ; মতুদি ঐগী পুন্সি অসিদা ওইথোকত্রবা রকমনি । তুমিন্না লৈয়ু, অতুগুম্না রা অদো ঐবু থক তাহনগনু । (রজনী অঙাং পমতুনা খোরকই' ী ! ইমুং অসিবু. হুমিৎচুপ্পগী মহি লাংতুনতা লৈরগদর' ; ইঙ্গা চিক্লা শাস্তি লৈনা অমুক্তা পানবা ফ ংবোহত্রা — ?

রজনী কারি তৌরবগে ?

হেমন্ত—করিসু লৈত্তবা রাকম, চা লোনবগী দমক্তা পংথক্তা খৎনবা, পংচৈদা চৈনবসবু করিনো ? অতুগা বসন্তগা নখোয় অনি চংতুনা মোহিবু—ফুই, চৈ, হায়বদি করিগীনো— ?

রজনী—মোহিনীনা......... ।

হেমন্ত —উঃ তমতুনা হাঁয়রিবা অসিনি—ঐনা নঙেন্দা কয়ারক হুন্না হায়রে—থোইদোক্লা অকায়বা থবক নত্রবদি মোহিনীনা তৌবা থবক্তা পংঙাং ঙাংগনু, পংথিং থিংবিগনু হায়না। মরাইবক থিবদগী হল্লকতুনা লৈরে, ইমাসু পাবুংসু লৈত্রে, মাগী হায়নবু নং— ঐ— বসন্ত ঐখোয় অহুম নত্তনা মাগী কনা লৈরি— ? মসিদা লমলানবা মশেল লৈমিন্নবগুম্না হুমিৎচুপ্পগী ঙংনহুনতা লৈবসিবু কমদোসি হায়বগে ? নংনা অহল হায়বহু থোকই, মাবা থকসি থাসি নাইদবা রা ঙাংলবসু নহাক্লা থরা হল্লবদি ইমুংসিদি করম্না পানগনি । মোহিনী ! নংসু ননম্বনা ...

রাদা লম পংহেন হেনগনু, নখোয়বু মীগী মমাংদা মখোয়গী মচন-মনিন অসিদি ফজনখ্রেদা হায়না খোকহনবসিবু পাম-জবরনে — ?

রজনী— মোহিনী! ওসি ইনম্মনা নঙোন্দা রা থরদং হায়খিবা অদুবু য়ায়া রারৌরবরনে?

হেমন্ত— চুয়া রারৌবতা নত্তে, — ইচল অসে তোঙান্না ফাওবা চাগে হায়রবনি।

রজনী— করিগী তোঙান্না চারুগদগে — ? ইনম্মা লাল্লে মতুং মনাও নঙোন্দা করিমত্তা হায়জররোই।

হেমন্ত— মোহি! ননম্মনা লাল্লে হায়রবদি নংন্তু শাউবা ফরোদনা—। চৎলো ইবুংগী চা লোল্লুরো—।

রজনী— চৎলো চৎলো, এৗনা ঈশিং শাহন্দুনা থনল্লবনি, চা শেমলুরো।

মোহিনী— ভম্মে'ই, ঐ লতাখোয়দগী পোৎ অমা লৌরুখিনি।

হেমন্ত — চৎলো চৎলো রজনী, নং হেক লোল্লুরো, মা শাউবা ফত্রিমাল্লে। কদাই অঙাং অদো এৗঙোন্দা পিরস্নো।

(রজনী অঙাং পিরম্নগা চংখিবা)

মোহিনী— তামো —।

হেমন্ত-- করি হায়রবগে —?

মোহিনী— ইনম্মগা এৗগা থৎনবা থুদিংগী তামোচানা ইনম্মগী মিচংদা চংই।

হেমন্ত— বসন্তনা ননম্মগী মিচং চংত্তি হায়রবা?

মোহিনী— উমঃ মসি য়াম্না চুমজবা অমনি।

হেমন্ত—অঙাওবী ! নংদি পোকমিন্নবা মচননি—মচনবু মবুংনা মুংশিদবা হৌনবরা ? মীগী মমা'দা ফজদে হায়হ্না নবুংনা ননম্মগী মিচং চংশিন্নবনি—। মন্থ নহাক খংব্রাও ?

মোহিনী— মিচং চংশিন্নবা নত্তে, মীনা হায়নবা য়াকম অমা লৈ ; মহু ঐ য়াম্না থাজরে—।

হেমন্ত— করি হায়নবা —?

মোহিনী—মখোয়গী কৈদা অসিনদি, মীনা হায়নবা য়াকম অহু শোয়দনা চুমম্বা তারে—।

হেমন্ত— করি য়াফমনো—ঐঙোন্দা হায়য়ুদনা—।

মোহিনী —ফজবা য়াকম নত্তে, হায়রুদনা কান্নদে তামো।

হেমন্ত—ফজদবা কান্নদবা ঐ করিম'তা খংদে, নংনা অখংবা অহুতা হায়য়ু।

মোহিনী— তামো ! হন্দক্কী য়াকম অসি মচিন-নৌপা ঙাংনবা য়াবা য়াকম থোক্রে — নত্রবদি নহান্না তামোদা হায়দোক্লগদবনি।

হেমন্ত— মোহিনী ! খংবদা কান্নবা মতিকচাবা য়াকম ওইরবদি মমামচা মচিন-মৌপা থিদে—খুদক খুদক্কা হেক্কা হায়দোক্লদবনি। ইবুংবু করি'মতা হংগোইগনু নংনা অখংবা অহুতা ইবুংদা তম্মু—।

মোহিনী— তামো মসি হায়ররোইদা, ঐনা হায়রুব্রবসু হুরানবগী ভরানি মপুগী নোংমা হায়দনা ংমা নত্রগা নোংমগী

তামোস্থ শোয়দনমক্কী খংলক্কনিদা।

(মোহিনী থে'কখিবা — হেমন্ত রাখল তৌত্থনা লৈহৌবা, রজনী চা পুত্থনা থোরকই)

রজনী— অভাং অদো এইভোন্দা পিবীরো। (হেমন্ত তুমিন্না লৈ, রজনীনা অভাং লৌবা) করি তৌববগে? হকচাং ভুম্বিদবরাও?

হেমন্ত— থে ইদোকপা তৌদে, চুম্না রাখল অমা……।

রজনী— মোহিনীদি?

হেমন্ত— ম'ঃ লতাখোয়দা চৎকনি হায়ত্থনা চৎখি।

রজনী— হল্লকত্থনা লৈবা নিঙোল মহক্ক লৈশাবী শাত্থনা পাচৎ চৎপা, পংকোয় কোয়বা আস য়াম্ন' চুমদ্রবা অমনি—।

হেমন্ত— খদ্রে, কনানা অচুম্বনো— কনানা অরানবনো, থোক্করগা খংবা হায়বত্থনি—

রজনী—থোক্লগবুদি খংঙক্কনি—অত্থবু মাংজোননা য়েংশিনহৌদ্রবদি— হয়েং তুংদা হুরানবা মতুং মৈরবংব তাত্থনা তেক্কনি মাই' তামোনবু য়াবিরবদি নিংবা অত্থত' তৌবিয়ু, অত্থগা অসিমদি হায়জগে— কুপীগী ইহুন্দি কুপীতনা খংবনি। (ওইননা চংখিবা)

হেমন্ত— কুপীগী ইহুন্দি কুপীতনা খংবনি।

LIGHT OFF.

## ২ শুবা উৎপা

### লম্বী—মুমিদাংরাই

[বীরমঙ্গল হন্জংহন্দা চৎপা]

বীরমঙ্গল— মুপী হায়বসি থাজনিঙাই হেক লৈতেদকো, মঙোন্দগী ওসি শোয়দনা ফংগনি হায়দুনা, অরুবা থবক অমা শিজিন্নগে থল্লগা — [মোহিনী লাকপা উহুনা ব্রা মথা তাদনা মমাই লৈথোক্লুনা ওইনতুনা লৈশিন্নবা, মোহিনী থোরকপা, বীরমঙ্গলগী মতো উবদা শাউতুনা চৎকে তৌবদা] ইবেম্মা করি মতৌনি হায়নগে ? হায়রজে হায়বগী মতিক হেক চাউথোকপিদকো।

মোহিনী— করিনো তামোসিবু, হান্না পুক্রো-পারোপদবগীদা হোৎনবসিবু। মাইদ, হৈনজদেদা।

বীরমঙ্গল—ইবেম্মা ! ঐনা ঙাইজরিবসে ওস্তোক্লা কুইজরেদা। মী অমবু অতুক য়াম্না মতম মাংহনবিবা হৌনদেদা।

মোহিনী—তামোথোয়গুম্না নিংতম্বদি নত্তবনিনা, নচল ওইবী ঐসু য়াম্না ৱানা থোকচরক্লিবোইরে। তামোনা নিপানিনা মজুজ খরা য়াম্না মাংবিবা তারে।

বীরমঙ্গল—মতম মাংবগী ৱাহুদি করিসু ঙাংনফম থোক্তে। নিপা ঐসু নংগীদমক্তদি পুন্সি'সিমগী মাংবা ওম্মগনি হায়দুনা চংজরকপনি।

মোহিনী—থাজৈদকো সত্য।

বীরমঙ্গল—থাজবিরোই থাজবিরোই, অদুবৃদি মুমিৎ থা থোক্লিদনা। অদুবু কমদৌসি হায়রবগে? ঐ অসিবু ইবেম্মগী য়ুমদা চংবা অসিবু ইয়া ময়ায়রোইদ্রা? মসিদ' খুদোং চাদবদি থমু থম্মীখোনে—নঙ্গে, ইবেম্মবু মুঙ'ইবিরিবরা?

মোহিনী—অদুগী রাদি হৌদোকপিরক্লমু, ভামোনা নিংবা থুংদবগী থোইনা হেন্না মুঙাইজ্রবনে; অদুবু মুঙাইতে হায়দুনা কমদৌনি। ঐনা নহা থরা খজিক ওইমনথিবনা অমদি ইথক্তা ইবুং অনি লৈবনিনা তামোনা লেংশিনবিরক্লবা লম্মী অদুদি নচন্না শেমজবা ওমদ্রেদো। অদুবু তামো পংকুইদি কুইররোই; নোংমগী মনুংদা পুং অমত্তা ওইরবসু লেংশিল্লকপা য়ানলবা লম্মী শেমজরগনি।

বীরমঙ্গল—কয়ন্না?

মোহিনী—অদুবুরাও — (লোন্না রা থরা হায়বা)

বীরমঙ্গল—অঃ নন মা রজনীনবু চৎখ্রবদি—

মোহিনী—অদুগা তামোম্ম মসিগী মরমদা ইতেং থরা থরা পাংবিরকউ।

বীরমঙ্গল—অদুদি নংনা হায়বা ঙাইবনা ঐগীদি ভৌগদবা ইথৌনিনে।

মোহিনী—অদো ঐবুনা তামোগী শঙাইদা করম্বা মুমিৎ থাদা পুশিনবিগদৌরিবা?

বীরমঙ্গল—মদুগী রাক্সম অদুদি ঐনা নঙোন্দা নহাক্না হায়খ্রেন্না। হৌজিক লাংবল থানি অদু হিয়াক্তৈ কাওবদি জীব পানবা পোৎশক অমত্তা য়ুমদা পুশিনবা য়াদে হায়দনা। কয়ারক

হন্না হায়খ্রে, নত্রবদি নহান্ন। নংবু পুশিল্লনিনা। ঐগী করি রাংলি? য়াম্না মিথোই মীহেনবা মুঙাই য়াইকথমক নত্রবসু চরামক্তি হেন্রিনা।

মোহিনী—ওকচরে বাদ অদো থিং তৌবিরগনু।

বীরমঙ্গল—বাদকী রা নত্তে অওইবনি।

মোহিনী হোয়নে, হোয়নে।

বীরমঙ্গল—অদো—ঐনা ঙরাং হায়জখিবত্নদি কমদৌবিরবা?

মোহিনী—ভামো! অত্নগীদমক্তা ঐসু খল্লিবনি।

বীরমঙ্গল—নত্তে ইবেম্মা! পায়বিরক্রবরনে?

মোহিনী—হোই—।

বীরমঙ্গল—এঃ শোয়রেদনা।

মোহিনী—ইনম্মনি হায়ত্ননা য়ুমদগী লেংদবী অমা লৈবসিদা ঙহাক্তা য়ৌনা উপ্ হাংদোকত্ননা লৌনবগী মতমসু হাংখিত্রে। নত্তে, কৈদৌনবা লুপানোনে?

বীরমঙ্গল—ঙরাংনা হায়র'মক্তদা। হযেং অয়ুক পুং ১০ তাবা মতমদা ঠিকাগী Tender পিবদা Security লুপা ১০০৲ থম্বা তারি হায়রগা।

মোহিনী—অত্নবু অত্নক য়াম্না কোক চাউত্রবসু, পাবুংদগী হেক লৌবিবা য়াদবরাও?

বীরমঙ্গল—অত্ন য়ৌরবদি ঐ থুক্কম থংত্রে। পাবুংনা হায়বা ইন্দে, লাইরিক তম্মু য়াদে হায় হায়ত্ননা পাবুংগা ঐগদি রা ঙাংনবা শুকয়া য়াদবনিনে; অত্ন নত্রবদবু, কচ্চা লুপা ৫০০৲ অত্নগীদমক্তবু নংগী নাকোং রাই চিলহনগদরাও।

মোহিনী—ফরেনে, তঙাইফত্রে হায়রগা ঐগী খুদোপ অনি অসি কায়থোকপিরুরো। অমনা যণ ১ গা ই নি, অমনা যণ ২ দনি।

বীরমঙ্গল—মচুমক্তি ঐ লৌনিংদে। নাতৈ পুতৈ চাদবা রাসিন ; নঙোন্দা য়াম্না খুদোং চাত্রগা তেক্লো কৈদৌবগে।

মোহিনী—করি তৌই হায়বগে? (খুদোপ লৌথোকপা) শেঃ পুনি-রো (পিবা), অরাৎপা থরদি কনাদগীনো লৌবীরুরো।

বীরমঙ্গল—হয়েং নখোয়গী তামোথোয়না নঙোন্দা অমুক…।

মোহিনী—অচুগীদমক্তদি চিংনবিরুগনুও: নহাক্কীদমক্তদি মরমবু চরণদি মমল য়াওদনা থরাই অসি ফাওবা………। খংবিরোনা? অচু য়েনা মুংশিজরিবনিদো।

বীরমঙ্গল—তৌববুদি মাংহনগদবা নত্তেদা। হয়েং ঠিকাগী বিল হেক ফংবগা……।

মোহিনী—অচুনবু পুবিখরো হায়জরিবসিনে।

বীরমঙ্গল—অচুদি চৎচরগেনে—।

মোহিনী—লেংঙোনে, অচু কৈদৌউ অমুক……।

বীরমঙ্গল—কৈদৌউগী রা অমুক লৈজদরে। ঐগীদি মতম পুম্নমক্তা নংগী রাখলতনা লাইনিং ওইচুনা……।

মোহিনী—হোইনে হোইনে, মতম পুম্নমক্তা চিনবান্দা খোইহি হেক তৈরজনা……।

বীরমঙ্গল—অচুবুদি ঈশ্বর লৈরি হায়বা।

মোহিনী—অচু ঙাক্তনি ; লেংঙো লেংঙো।

বীরমঙ্গল—নপুক পংচনিকো।

মোহিনী—হোইদা, হোইদা।

· **Light Off**

---

## ৩ শুবা উৎপা

—ফুমিদাংবাই—

### (ডাক্তর ব্রজমণীগী য়ুম)

(পোক হৌরবা মীনাই "বিধু" Chair দা ফম্লগা মিংশেল য়েংচুনা, কোইরুপ কোইরুপ তৌরচুনা Powder খাচুনা লৈরম্মী। মতম অসিদা সোরোজিনী, য়াম্না কেনা থোরকই। বিধুগী মতৌ য়েংচুনা লোম্না লোম্না নোকই)

সোরোজিনী— অচনিদনা খুড়া! (বিধু মমাই লোৎপা) য়েংগে য়েংগে, ফজব্রা য়েংগেশে। শেঃ য়েংগে, নমাই লৈথোরকই। (বিধু মমাই ওন্থোরকপা) ফজরে ফজরে, চহি ১৫ কী পাথং মচা মাল্লে।

বিধু— হঃ কদায়দগীনোদা ইবেম্মা! ইবেম্মথোয়না ফুমিৎ খুদিংগী মাইদা তৌবচুদা কমদোবগে হায়চুনা নমাইনা চাং য়েংজখনি।

সোরোজিনী—অচু খুড়া! ঐগী খবক অমত্তা তৌবিম্মুবা।

বিধু— করিনো ইবেম্মা! খুড়াবু ইবেম্মনা হায়বদা করবা ইন্দবা য়াওব্রবগে? কম্মু য়াম্নলিবা, চৎমু চংলিবা।

সোরোঃ—মঙোন্দা হৌজিকমক পোং অমত্তা পিবীরুচোনা।
বিধু— পো.ং হায়বদি চিঠি নত্রা ?
সোরোঃ—উমঃ
বিধু— থংঙে, হায়কাব্রিরৈঙেনা ওসাইনা ভাব তারবনে।
সোরোঃ—লৌখোক্লুরগে খুড়া ?
বিধু— লৌখোকউন্নু।
সোরোঃ—অহুরা খুড়া !
বিধু— নহাক্না হায়বা ইল্লোই হায়বগী ব্রা নত্তেনে। ব্রানা অমুক চংলুব্রবস্থ ইবুঙো বসন্তদি হৌজিক অসিদা লাকনি হায়রকই। ঐগা লখীদা উনজরকইনে ইবেম্মা।
সোরোঃ—অওইবনিকো খুড়া !
বিধু— হোয়নে।
সোরোঃ—অহু থবক অমত্তং চথোক্কে তৌবসিদি……।
বিধু— চথোক্লগা উনজব্রেদনা।
সোরোঃ—অহুনবু চথোক্ক্রেদনা। (Chairদা ফম্লগা ঈশৈ শকপা)

## ঈশৈ

(১)

মুংশি নংগী নপাউথোন,
তম্লরেদো নাপ চিক্লা,
তপ্পা হুম্বা মালংবনা,
কায়দ কায়দ হুম্লরেদো।

(২)

মাঙ্গ নংবু মুংশিবা !
পাম্মু নংগী রাখলনা,
মুজা পুক্লিং মুংওল্লেদো,
নিঙোল থরাই ওইরিবা ।

(৩)*

উরগাছু লৈকম থংদে,
উরগশু য়েংজবা ওমদে,
মুংশি নংগী শক্তমদো,
পাম্মু নংগী চেংলৌদো ।

(৪)

মুংশি নংবু মাংদ থা,
মাঙ্গ ফিজি পাররগা,
করম্বা লোইদাম থাজদা,
মুংশি নতুং ইনগবা ।

(ঈশৈ শকপা লোইবগা লোয়ননা Table মথক্তা থম্লিবা হৈ অমা লৌতনা ময়া কাতনা লৈরিবা বিধুগী ময়াদা ইনশিল্লগা লরাইদা থুবাক্লা থাবা)

সোরোঃ—চৎলো খুড়া ! পাবুং কুম্লক্লগনি, চা-কা লোম্লবা তৌবিয়ো ।
বিধু— হিঃ ইশঃ
সোরোঃ—কৈনোনে খুড়াসিবু !
বিধু— পাবুংশু লাক্লনি, মাস্থ য়ৌরক্লনি ; নত্রা ?
সোরোঃ—খুড়াসিমা...... ।
বিধু— নত্রনে ?
সোরোঃ—হোয়নে, চা লোম্লবা তৌক্লরোনে ।
বিধু— ওসিদি মী অমশু লাকদৌরিবনিনা, চা য়াম্না হাউনা লোনগেদো ।
হায়নহনগে, শোম্লহনগে থওগনিদো ।

সোরোঃ—খুড়াবু চা লোনবা কয়ামুক হৈজরমুনা ?

বিধু—হৈবা হৈভবা, চিনিগী মহুত্তা থুম হেক হাপচিল্লবদি হান্নরে, খোল্লরেদনা।

সোরোঃ—ভোকপিরো ভোকপিরো, ঐ হেক্তা লোঞ্জরগে।

বিধু— হুঃ-হুঃ-হুঃ ফাগী ভৌবনি, মুংশা থিল্লদা।

সোরোঃ—খুড়া ভৌমুকো, মাঙেক্কো অমুম ভৌরবদি।

বিধু— ইবেম্মা ! খুড়া ভাওজিনে। (চংখিবঃ)

( সোরোনা মপানলোমদা রেংবা, বসন্ত লাকপা উবদা Chair দা ফম্লগা মচিন্দা রবর তোংজৈ চুপ্পা, খবর পাক্পা তিংথোকতুনা মশা পুম্মক উহন্দনা Paper পাহুনা লৈশিল্লবা, ভহাক লৈরগা বসন্ত চওভকই )

বসন্ত— খুড়াইবুঙোবু ! করিগুম্বা রা অমত্তা…।

[সোরোনি হায়বা খঙলকপা অমুদা চংশিল্লক্তুনা মনা লৈবা] খুড়াইবুঙো ! তাবিরিবরা ?

সোরোঃ—অয়ো নারে, ঐ লাপ্পরে।

বসন্ত— লারে হায়রগা হেক্তা য়ারবদি……।

সোরোঃ—থাদোকওমি হিংচাবা নারে হায়বনি। [থাদোকপা] কল্পা নাগ্রবনোনেসে।

বসন্ত— নথকী অহল লক্করবদি…, খঙভবরা ?

সোরোঃ—অহল ইবুঙো ! Chair অসিদা ফম্মুগে। [Chair চিংশিন্দুনা কব্বা]

বসন্ত— পাবুং কুম্মক্কিবরা ?

সোরোঃ—কুম্মক্ত্রি।

বসন্ত— অছুননিদনা, হৌদোং লৈতছুনা উচিনা মখে-লাংঙম্মী হায়বদি।

সোরোঃ—করি থবক্কী লাকপিরিবা ? ঐখোয়গীসিদদি থানা লাকপগী করিস্থ কান্নবা লৈতে।

বসন্ত— কান্নবা লৈছুনা লাক্লিবনি।

সোরোঃ—করম্না কান্নগদৌরিবা ? ইমুং অসিদদি হুরান-চিম্থি কনাস্থ য়াওদে।

বসন্ত— হুরানবনবু হুই, হুই হায়গব্রা ? ইমুং অসিদা হুরানবা অচৌবা অমা লৈ, মাবু ফাবা লাক্লিবনি।

সোরোঃ—লৈরবদি মীশক অদো হায়রো।

বসন্ত— অতৈ নত্তে, নহাক্লি।

সোরোঃ— ঐহাক!

বসন্ত— মানি।

সোরোঃ—করম্না ?

বসন্ত— চুম্না অচম্বা পোৎস্থ নত্তে; ঐগী মমল নাইজ্রবা, তাংলবা থম্মোইবু নংনা হুখিবা নত্রা ? অছুনা ঐ অমুক থাংছুনা লৈবা ঙম্মক্তরে; করম্বা দণ্ডিনা নংগী অপেনবা ওইগনি, নশানা য়ানা অপাম্ব'ছুতা পিগনি।

সোরোঃ—হোই, ঐবু হায়জৌ হায়রবদি, মীগী মপোৎ হুরাম্লুরবনিনা, চেনবদি য়াদবনিনা থম্বীনিংবা মকমদা বন্দি ওইনা থম্বীবা ভারেদনা।

বসন্ত— অওইবয়াও ?

সোরোঃ—(শুগৎলগা) হোইনে। (নোকমিন্নবা) খুড়া ! খুড়া !

বসন্ত— কৈদৌরবগে ?

সোরোঃ—করিস্থ ভৌদে। খুড়া লোইত্রিবরাও ?

বিধু— (মসুংদগী) আ—লোইরে, লোইরে ইবেম্মা। (বিধু চা কপ অমা পারক্লুনা খোরকই) আ ! মী অমা হেনগৎ-লম্মেনা, চাদি অমত্তা ; অমস্থ লৌরুবা তায়িবোইনা (চা থনম্মগা চংখিবা)

সোরোঃ—কাল্লো, কাল্লো—(মতম অসিদা বীরমঙ্গল চংলম্লগা খানা য়েংলম্লগা থোকখিবা) ইংগ্রগনি কাল্লোইমি।

বসন্ত— ইভোমতা ?

সোরোঃ—ঐগীস্থ পুরকনিএ। (বিধু খোরকই)

বিধু— আ—পুরকএ, পুরকএ। (মখোয় অনি চা থকপা, বিধু মুন্না য়েংবা)

বসন্ত— চা অসিবু কনানা লোনবনো ?

বিধু— হাঃ কমদৌবা ইবুঙো ?

বসন্ত— চা অসিবু কনানা...... ?

বিধু— খুড়ানা লোনবনি ; কন্না পাংত্রবরা ?

বসন্ত— য়াম্না হাউখ্রে খুড়া, য়াম্না কখ্রে।

বিধু— ইবেম্মনা অমুকা লোল্লবদি হাউবগী মথন্তা খোইদৌ ভাবা হেন্নমগদবনিকো।

সোরোঃ—খুড়াসিমা।

বসন্ত— করম্না খুড়া !

বিধু— হেঃ ইবুঙো ! মনুংদা রস অমা লৈ। আঃ ফজৈদা ঐখোয় ইবেম্মগা ইবুঙোগা ফমিন্নবা অসিদি ; থাজনা থোক্লগা থরোনা শাংপগুব্বনি।

সোরোঃ—(ইকাইহুনা) চৎলো খুড়া ইমুংদা, ওস্থোক ওস্থোকপা ব্রা ডাক্তা...... ।

বিধু— ইকাইবরাও ?

সোরোঃ—চৎলোমি খুড়া নংবু।

বিধু— হোয়নে, হোয়নে কম্মুবা ঐনা লাল্লবনি ; তাঞ্জা অসিদদি হয়িং ফাওবা পাইহল্লিংপোৎ নত্তেনে ; খুড়া লাল্লে, লাল্লে। (চংথিবা)

বসন্ত— য়াম্না মুঙাইরিনা খুড়াসিদি।

সোরোঃ—মাগীদি অসি ডাক্তনি, মুমিৎচুম্না ফাগীদা পুহনা লৈরিবনি। (ব্রজমণি ডাক্তর চংলকপা)

ব্রজমণি—ইবুঙো বসন্ত ! করি থবকীনো ?

বসন্ত— (Chair দগী হৌগৎপা) খুড়াইবুঙো, অসুম থবক অমগী··· । (সোরোঃ হৌগৎলগা মপাগী ভুংদা লেপ্পা)

সোরোঃ—খুড়া ! খুড়া ! পাবুংগী চা······ ।

বিধু— তারে, তারে ইবেম্মা।

ব্রজমণি—করি থবকীনো, ইবুঙোনা লাকপবু ?

বসন্ত— খুড়াইবুঙো, ঐখোয়গী ইতৈমা অদো মুমিৎ খুদিংগী মপাম্না ওমদে, ওমদে হায়রহুনতা লৈরে।

ব্রজমণি—রজনীবো ?

বসন্ত— হোই, অদো খুড়াইবুঙোনা অশংবা অমদা হোরেল্লা, হন্নেংলা অমুক্তং লেংবিরক্লবদি...... ।

ব্রজমণি—হেঃ ইচাসিদি লাক্কনি। চুম্না মশা ঙমদেদা হায়বরা, অতৈ করি করিদি হায় ? (বিধু চা পুরকপা) চা-কা থক্লবরা ?

বসন্ত— থকচরে। খুড়াইবুঙো ইতৈমগী মশা অসি মুমিৎ খুদিংগী ইচোক্তা চোকথৈ হায়।

ব্রজমণি—অছুদি ইবুঙো, Calcium গী শরুক থরা ৱাংলম্বা তারে। ফরে, কাপ্পু কাপকদরা, চাবু চাগদরা হায়বছু য়েংলগা থংগনি।

বসন্ত— হোই, অমুক্তং য়েংবিরগা অস্নুম ফগনি হায়বছু অমুক্তং তাকপিয়ু।

ব্রজমণি—মাইল অমা ফানা লাপ্পবস্থু নত্তবা, অস্নুক নকখ্রবসে ঙহাক্তা য়েোনা কোয়থোরকপা ইঙম হেক ঙমদবনি ইবুঙো। নথোয়নদি ৱারোৈরম্বা য়াই, অছুবু খুড়াগী থবক অসিনা...... ।

বসন্ত— হেঃ করিগী, ঐথোয়না হেন্না থংজৈ।

ব্রজমণি—আঃ নথোয়গী পাবুং লৈরিঙৈদদি অফিসতগী হেক কুম্লকপগা কোয়থোক কোয়শিন তৌনছুনা চাক ফাওবা ঙাইনরম্লিবনি। নথোয়গী পাবুংনগা লৈথিদবগা খুড়াগী থবরুগা চিনশিন্নকপনা ঙহাক্তা য়েোনা চথোকপবু ইঙম ঙমত্রবনি। সোরো !

নংনা ফিরোল শেংলিবদি কদায়দা চৎকদৌরিবনো ?

সোরোঃ—ঐখোয়গী Class fellow ইমান্নবী অমা য়াম্না কন্না নারে হায়, অহু অমুক্তুং হুন্বা চংলুগে তৌবনি।

ব্রজমণি—কদায়দা লৈবা ?

সোরোঃ—উরিপোক্তা।

বসন্ত —অহুদি খুড়াইবুঙো ঐস্ন চৎচরগে ; হুমিৎ তাদ্রিবৈদা বাজার ওহাক্তুং য়োজরুবা তারিএ।

ব্রজমণি—হল্লে' হল্লো ; ঐ শোয়দনা লাক্কে ইবুংঙো।

সোরোঃ—বাজাররোমদা লেংগদবা ওইরবদি লম্বী তিম্নরে ওহাক্তা ওাইবিরমখো। ( ইমুংদা চংখিবা )

ব্রজমণি—চৎকদবা লৈরবদি চৎলো চৎলো থেংখ্রে।

( সোরোঃ অমুক থে রকপ', )

সোরোঃ—লেংঙসে। ( মাং থাহনা চৎপাহৌবা )

বসন্ত —চৎচরে খুড়াইবুঙো। ( থোকখিবা )

ব্রজমণি—আঃ ইবুঙো।

( বিধু. ব্রজমণি য়েংনবা, হেমন্ত চংলকপা )

ব্রজমণি—ইবুঙো হেমন্ত !

হেমন্ত —খুড়াইবুঙো। ( খুরুম্বা ; ব্রজমণিনা ওকপা )

ব্রজমণি—বিধু, ইবুঙোগী ফিদা…।

( বিধুনা চেয়ার অমা পুথোক্লুনা থাবা, হেমন্ত ফম্বা )

ব্রজমণি—ইবুঙো, করি থবক্কীনো ?

হেমন্ত —থবক অমত্তুংগী অস্নুম……।

ব্রজমণি—বিধু ! ইবুঙোগী চা ।

হেমন্ত —খুড়াইবুঙো ঐ হৌজিক্তা··· ।

ব্রজমণি—অহু ওইরবসু·· ··· । বিধু ! থুনা শেম্মকউ ।

( বিধু চংখিবা )

হেমন্ত —খুড়াইবুঙো, শোমদা ঐখোয়গী বসন্তবু·········· ?

ব্রজমণি—লাকঅম্মী ; মতৈমগী হকচাং ঙমদবগী মরমদা ······ ।

হেমন্ত —ওঃ !

ব্রজমণি—করি থবক্তীনোনে ইবুঙোনা লেংঙকপবু ?

হেমন্ত —ঐনা খুড়াইবুঙোদা করিগুম্বা রারম অমত্তং নিংশিংজখিবহুবু··· · ··· ।

ব্রজমণি—এঃ মুপীমচাগী রাফম অহুরা ?

হেমন্ত —হোই ।

( বিধুনা চা পুথোরকপা ; হেমন্তদা পিবা )

ব্রজমণি—ইবুঙো চা ফাক্সু ।

( হেমন্ত চা মহাও য়েংলগা )

হেমন্ত —খুড়া, চা অসি চিনিগী শরুক্না থরা হেল্লে, ঐ অথুম্বা কয়া হৈনজদে, পুশিনবীখরো । ( চা কপ থম্বা )

ব্রজমণি—বিধু, ঙরাংদা চিনি লৈরকই হায়রহুনা নং খুৎচাও থারবরা ?

[ বিধু কপ পুশিন্দনা চংখিবা ]

হেমন্ত —অদো—খুড়াইবুঙোনা হৌজিকপু করি খনবীরিবগে ?

ব্রজমণি—ইবুঙো ! রাফম অদো নহাননা ইবুঙোদা অরেপ্পা

অমা থংহল্লরুগদবদা মুপীমচাগী মপুক্লিংদা রাখল অমা লৈরম্লদনা......... ।

হেমন্ত —অদু ননাই ঐঙোন্দা তাকপিবদা...... ।

ব্রজমণি—অসিনি ইবুঙো ; মহাক্না হৌজিক মহৈ তম্বনি হায়দুনা তৌরিবসি ক্লাস নাইননিদো, মসিদা মানা ম্যাট্রিক ফাওবদংদি তম্নিংলিমাল্লে, অদুনা ইবুঙোদা খুড়ানা না অসি অরেপ্পা থংহল্লকপা ঙমদ্রবনিনে ।

হেমন্ত —হোই, খুড়াইবুঙোনসু তাকপিরি ; মসিদা ঐনা অমুক হায়জনিংবদি লাইরিক তম্বগী আশাতা ওইরগদি ননাই ঐখোয়দা লাক্লগসু ম্যাট্রিক ফাওবদা নত্তে. আ—বি, এ, এম, এ, ফাওবা তম্লনবা ননাই ঐনা শিঙ্গগনিমা । হোই, অদুগা মনুংদা মুপীমচাগী পুক্লিংদা য়ানিংদবা অতোপ্পা মরম অমা লৈরম্লগদি হায়জবা ঙমদ্রে, অদুগা লাইরিক তম্বগী আশাতা ওইরগদি......... ।

ব্রজমণি—হেঃ ইবুঙো, অতৈ অতোপ্পা মরম করিসু লৈতে । মাগী লাইরিক তম্ববু কাইহনবীরোই হায়রবদি ইবুঙোখোয়দা লৈবসু, ঐখোয়দা লৈবসু চপ মান্নৈ । ইবুঙোগী ইনাও ইবুঙোদা পিদনবু কনাদবু থাজরুগদগে ।

হেমন্ত —মদুসু খুড়াইবুঙোনা মুংশিবীবগী তাকপিবনি । অদুদি খুড়াইবুঙো, ননাই ঐবু কৈদৌঙৈশিং অরেপ্পা অমত্তং...... ।

ব্রজমণি—অরেপ্পা অসি খুড়া হায়ররোই । হায়বদি অসিনি, ইবুঙোনা লেংঙক্কদবা মুমিৎ অমত্তং মাংজোননা তাকপিরকউ ।

লৈকাইগী অহল-লমন লাইগুরু লৈরিবা কৌবনিনা, ইবুঙোনা লেংঙকদবা মুমিং অচুদা মথোয়রুমু কৌদুনা থমজ-রমগী মা অসি চপ চানা লোইথোরুবা হায়রুদি বাক্যদান হায়বত্থ মুমিং অচুদা হেক্তা হাঃ।

হেমন্ত —য়াম্না চুমখ্রে তাকপিরিবত্থ। অচুদি খুড়াইবুঙো, মুমিং আস অমুক পংকুই কুইনা চোষ্টজররোই। মশেম অসি হেক্তা…।

ব্রজমণি—মশেম? নিংথৌকাবা মুমিত্তা! য়াম্না ফরে।

হেমন্ত —খুড়াইবুঙোনা অফিসতগী লেংথরকপা মতম……….।

ব্রজমণি—মুমিদাংরাইদা।

হেমন্ত —হোই।

ব্রজমণি—ফরে, ফরে ইবুঙো।

হেমন্ত —খুড়াইবুঙো মুমিং অসিদা শোয়দনবা থৌরাং অমত্তং।

ব্রজমণি—খুড়ানা শোয়দনবা থৌরাং পুম্নমক লোইশম্লগদবনি।

হেমন্ত —য়াম্না মুংঙাইজরে। অচুদি খুড়াইবুঙো, ঐ থবক অমত্তং চৎচরুবা তারিএ; হঞ্জরগেনে।

ব্রজমণি—লেংঙো, লেংঙো ইবুঙো।

হেমন্ত —অচুদি ননাই ঐ……….।

( হেমন্তনা থুরুম্বা; ব্রজমণিনা ওকপা )

*Light off*

## ৪ শুবা থৌংপা

### লম্থি, মতম—সুংখিল

( সোরো লাইব্রিক তম্বা কুম্নকই, বীরমঙ্গল তুংলোমদগী ইম্নরক্লুনা মাংদা থৎলি )

বীরমঙ্গল—ইবেম্মা ! কনমক মুংশিবিত্রবস্থ অম্মুক য়াম্না হংজরকপগী পাউখুম অমগুদি পিবিরম্মুদা।

সোরো —কাম্নদে তাদ ! লম্বী থাহদোকপিয়্ ; অরেম্বদা খুরৌ থাংবিগনু।

বীর —লম্বী থিংববুদি ঐগী করি ইতিক লৈগদগে। নিংতম্না লেংবিনিংবা মফমদা লেংবিয়্। অদুবু নংবু মুংশিজরুবগী মৈনা কনখিবনা ইকাই ইকি পল লাম্থোক্লুনা নংগী নকাদা চংজ-রকপনি। মসিদা য়াম্না কায়রবরা ?

সোরো —অদুবু করি কাম্নগনি ?

বীর —কয়ম্না অরেম্বা ওইগদৌরিবনো ? নংবু মুংশিজরুবগী মৈচাক অদু লোত্তুনা থম্বগী পাঙ্গল লৈরক্লুনা নংগী নফমদা ফোংদোক্লগা মৈচাক অসে থরমথৈদি কোক্নদরা হায়রুনা ফোংদোকচবনি।

সোরো —অদুক য়াম্না তাকপিবগী ঐগী তানবা মতম লৈজদে। মসে লম্বীনি, কনাগুম্বা তাখিবা থংখিবা য়াউরবদি ঐ অমগী মিংচৎ থিবদি তরাইথোকখ্রবনা মণিপুরগী ছাত্রী পুম্নমকী মমাই থুবনি।

বীর —মহ্ ঐসু থংডি ; থংদবা নত্তে। অদুবু মতম তাপ্পা কংলিঙৈদা খুদোং চাবা অসি নাম্থোকহল্লিংদবদগী ঐগী হায়কম থোকপা হায়জবনি।

সোরো —লম্বীমক ওইরবসু ওহাক্কী মখৈদি ইচিল ইপ্পা। অমা ওইনা রারি শাবা য়াই। মসিদগী ঐনা হায়জবা ভাবিদহ্না কা হেম্বিলক্লবদি অরেম্বদা চোপ্পুনা তোকনি।

বীর —চোপ্পা! হা-হা-হা অদুক হাক্লা পংকন কনবা খোল শিজিন্নবিগনু। ইহৈ ইশিংদা থন্না রাংলি হায়বতনি ; বীরমঙ্গল ঐ অসিসু খ্বাই, য়াইস্কুল, খুড়াই, রাংখৈ লম পূম্নমক্কা ইমিং লৈবা, নিংওকপদা পাংথোকপনা হানবা, ঐনা মহেক্লে হায়হ্না লৈরিবা মীশক অমনি।

সোরো —হুম, নত্রবদি করম্না মীওইনা পানগনি ; পূম্নমক অহ্ ভাক্তনি। ঐনা মহেক্লে হায়হ্না চৎনরিবা ভাক্তনি। অদুবু মহুনদি ঐগী ইকমদা চোপ্পা, ইকাইবা কংবা নত্তনা নংগী করি'মত্ত ওইজবা কংলোই। শে ; চৎকেশে।

বীর —অদুবু ঐগী অরোইবা রা অসিমতদি ভাবিখো। চোপ্পা, ইকাইবগী রাদি করিসু লৈতে। লানফমদা চংঙুরবদি মাইথিবা নত্রগা মাই পাকপা অনিগী মরক্তা অমদি শোয়ত্রবনি। মসিমদি মতম পূম্নমক্কা কাউবিগনু। চংত্রিঙৈদদি চংত্রিঙৈনি, খোং নাম থাংজিল্লুরবনিনা ঐগী থরাই অসিগা নংগী থম্মোইগা শিন্নবা ভারবসু থক নিংহল্লগনি থম্নুগনু।

( বসন্ত Constable চংলকই )

সোরো —মখোয়না ফবগী য়াহৈনি। কনাগুম্বা অত্তাবা মীনা থাগৎত্তবা ওমলোই।

বসন্ত —সোরো! ফুলদগী কুম্লরুগা লম্বীদা অমুক কৈদৌহ্নবা লৈরম্লিবনো?

সোরো —খোংদা খুরো থাংবদগী……।

বসন্ত —খোংদা খুরো থাংবা হায়বদি—[ সোরোনা বীরমঙ্গলদা খানা য়েংবা ] ওঃ বাবু! মরুপ মপাং অমা ওইনা য়া খরা হায়জগে, থোইদোক্লা য়ারোবিবা য়াদেকো। লম্বীদা চৎলিবী মুপী অঙাংদা হুম্বা মীৎয়েংনা য়েংহ্নবা মৈত্তে মুপী অমগী ইজৎ মাংনবা তৌবদি ফত্তেদা। মুপা মুপী চপ মান্ননা জ্ঞান লৈমিন্নরগা লৈবাক অহ্নুগী চাওখৎপা ওইগদৌরিবনি। মুপীগী মতেং য়াওদনা করিগুম্বা থবক অমত্ত চাওখৎপা য়ারোই। অহ্নুনা, মুপীবু য়াম্না নুনা থম্বী-গদবনি; য়াংনা থাংগৎপিগদবনি। লাইরিক তম্বা কারিবী ছাত্রীশিংগী লম্বীদা অপনবা পিবিহ্নবা নত্তবা মীৎয়েংনা য়েংবিরবদি, মমা মপা ওইবা কনানা মচা নিঙোলবু লাইরিক তম্বা কাহল্লিংগনি। মহু পুম্নমক্কী ফলদি ইরৈবাক্কী চাওখত্তবদা থোক্কনি।

বীর —বাবু! ঐ অসিমু বাবুগুম্বা সহরগী ঈশিং থকপা মচা অমনি। থানাগী বাবু অমনি হায়হ্নবা থোইদোক্লা অথৎবা অহৈবা শাবসিম্নু ফত্তেদা।

বসন্ত —হঃ হঃ হঃ থোইদোক্না অথং-অহৈ শাবগী রা নত্তে। ঐগী তৌফম থোকপা duty তৌবা তাব্রবদি; সোরোগী রা মতুংইন্না হৌজিকমক বাবুবু ফাহনা পুবা ওম্মি। মহু খংনা রা ওাংবিয়ু। অহুবু ওসিদি ইচিল ইনাও অমা ওইনা বাবুগী মাই য়েংজরবনি। চৎলো সোরো।

[ সোরোনা মাং থারহনা বসন্ত, Constable থোকখিবা; বীরমঙ্গল মমিং থানা য়েংহনা লৈহোবা ]

Light Off

## ৫শুবা উৎপা

মফম ঃ— মুমিদাংরাইরম

[ বসন্তগী য়ুম, বসন্ত অঙাং পমহনা লৈ ]

বসন্ত —ইতৈমা লোইত্রিবরাও ! ঐ থবক অমত্তা চৎলুগেনে।

রজনী —লোইরে, লোইরে ইবুঙো। ( থোক্লকুনা ) কদাই, কদাই ( অঙাং শিন্নরিঙৈদা হেমন্ত চংলকপা ) কদাই তান্না চথোক-দৌরিবনো ? নংনা থেংনা হুঞ্জিল্লক্রবদি ইতৈমা লৈকম থংদেকো ; ওন্না হুঞ্জিল্লকউকো।

বসন্ত —ওন্না লাকনি। [ চৎকে তৌবা ]

হেমন্ত —বসন্ত !

বসন্ত —তামো।

হেমন্ত —রা খরা ঙাংনখিশি।

রজনী —পাবুং লাকএ, পাবুংগী চা লোন্নুশি। [ চংখিবা ]

বসন্ত —করি হায়রবগে ?

হেমন্ত —পাবুংসু ইমাসু লৈত্রে অচুনা নখোয় খুাইগী অহল হায়বচু ইয়াম্বনা থোক্লেদো ; অচুনা অহল অমা ওইবগী ঐগী তৌকম থোকপা ইথৌ পাংথোকপা পাস্রে।

বসন্ত —করিনো তাকাপরিবচুবু ; ঐদি ভাব ত্তাব ঙমদ্রে।

হেমন্ত —আঃ ইয়াম্বনা হায়বদি অসিনি—নহাক হৌজিক নহৈ নশিং তম্বা লোইরে, থবক অমসু তৌরে। অচুনা, মুপী নহা থিচুনা য়ুম-কৈ প'ম্নবা হায়রচুনা……।

বসন্ত —তামো! মসিগী মরমদা থোইদোক্না ঙাংননিংঙাই লৈতে। মতমগী মতুং ইনবনি।

হেমন্ত —মতম চারে হায়রচুনা ইয়'ম্বনা হায়রিবসিনি ; মসিগী মরমদা ইচিল ইনাও রা শাংনা ঙাংনবসু ইয়াম্বা করা শামদে। অচুনা রাহৈ অমা অনিনা হেক্তা তেনশিন্নবা য়োৌশিনে, হা। ইয়াম্বনা পাম্বা অমদি লৈরে। মসি হেক্তা হৌংনবা তৌরসি হায়ববু……।

বসন্ত —ভামো! য়ারবদি মতম খরা……।

হেমন্ত —করিগীনো ? নপুক্লিংদা লৈবা রা অদো হেক্তা হায়দোকউ। ঐনা হায়ন-শিংনরুগে হায়রিবসিসু নশানা য়ানিংত্রবদি, নপুক্লিংদা…… অওই অওইবা রা অছু হেক্তা হায়দোকউ।

বসন্ত —মচুগী রা করিসু লৈত্তে তামো। ঐগীদি তামোনা কৈ

হায়রগা হেক্তা লোইরে। অশেংনা হায়জরবদা ঐ মতম খরদি……(খোকখিবা)

(রজনী চা পুহনা থোরকই, চা থনম্মী, চংগে তৌই, মোহিনী থোরকই)

হেমন্ত —রজনী তারিবরা! (রজনী চপ লেপ্পী) ঙসি ঐনা বসন্তদা মাগী ময়ুম মকৈ পানবগী য়া হোদোক্লুববু মানা কয়া য়ানিংদবগী মত উৎলম্মী; মানা হৃজিল্লক্লগা নং অমুক্তং চোকশিন্না হায়নহুনা হংগেরদো হা?

রজনী —ঐনস্সু নহান নোংমা মতুগী মরমদা হোদোকলুবদা "করি কান্নগবনো ইতৈমা" হায়রুনা ঐবু য়া মখা তাহনখিরে। অহুমকপু হোরেন অমুক চোকশিন্না ঙাংনহুনা য়েংবা হায়বহুনি।

হেমন্ত —হোঃ হোঃ নং অমুক্তং হায়নৌ। (রজনী চংখিবা)

মোহিনী—অরেম্বনি তামোনা খল্লিবা রাকম অদো। তামোচাগী মুপী নহা থিবগী মরমদা ইনম্মনা কৈদৌঙৈদস্সু হায়গদবা লৈতে। অহুগা কনা তৌহুনস্সু তামোচানা মুপী থিয়ু হায়বা য়াগদবা লৈতে। ঐ পুন্নমক খংজি, ইনম্মগা তামোচাগনা ঐবুদি য়ুম'সিদা মুকলৈ লৈহন্নিংদবনা লোইরবনি। (বসন্ত য়াম্না থুনা হৃজিল্লকই)

বসন্ত —মোহি!

হেমন্ত —করি তৌরে?

বসন্ত —নং ঐগী পুরিংখাউদগী লুপা লোখোকপরা?

মোহি —লৌথোক্কে।

বসন্ত —নচিন থিন্নু।

হেমন্ত —কয়া য়াম্বা লুপানোনে?

বসন্ত —লুপা ৫০০ নি। লৌথোক্লগা লৌথোকই ইরেম্মা হায়য়ু।

মোহি —মীনা লৌথোক্কে হায়রগা।

বসন্ত —হেঃ নবুং ঐ অসে নংগুম্বা নপুক শেংদবা মরমচৎ চুমদবা হুরানচিন্থি কয়া থেংনরবা মীশক অমনি। নংনা থুগ্গুনা কান্নরোই। নপুক শেংলবদি করিস্থ তৌবিরোইনে; অদুগা নপুক শেংদ্রবদি পাই অমগী মাল ঐঙোন্দগী লৌবা য়ারোই। নংন ঙসাই ঐগী কাদগী থোরকপদো কৈদৌঙবা চংঙু রিবনো?

মোহি —তামোচাগী কাদবু ঐবু চংবা ইয়া য়াত্রবয়নে?

বসন্ত —য়াইনে, য়াদে হায়দেনে। লুপা মাংঙবনিনা হংফম থোক্কুনা হংলবনিনে। (রজনী থোরকই) অঃ মানা ঙসাই ঐগী কাদগী থোরকপদু ইতৈমস্ত উবনি।

মোহি —(কপশিন্নবা) খংঙে, তামোচাগা, ইনম্মগনা ঐবু য়ুম অদিদা সুক্লে লৈহন্নিংদে। অদুগী লৈতনবা হায়হনা খুজিল থোরাং তৌরক্লিবনি।

বসন্ত —য়েংঙু,—মচিল অসে; নহাক্না খল্লিববু নংনা য়ুমদা হল্লক্কুনা লৈবসি য়াম্না ফজৈ হায়না খল্লিবরাও? থাজৈশেংনমক নংবুদি লৈহন্নিংব্রবনিনে। অদুগীসু মখক্তা নং লৈরবদি ইমুং অসি য়াম্না মহি লাঙদোরি। নত্তে, নয়ুম পানগনি

হায়দুনা পানথ্রগা করিগী নখোং অদুক য়াংঙক্লিবনো? মত্তুবু মুপী ওইবীনা চৎকদবা লিচৎলা? নংনা 'সিদা লৈবা লৈতবগী রা ঐ খংদে, তামোনা নংবু য়ারি। নত্তে, লুপা ৫০৲ অদুবু নংনা কদাই শিজিন্নখ্রিবনো? মরমবু চারবদি ৪০৲ দা নত্তে, মত্তুদগীসু হেন্না পিবিগেনে।

মোহি —তামোচাগী লুপা অদু লৌরগা ঐনা কৈদোননি হায়বগে?

বসন্ত —লুপাদি কৈদৌনি হায়বগে। নংনা লম্বীদা চৎপদা, অরেম্বদা চাই-চাইদুনা শান্নবরা হায়বা?

মোহি —ঐবু অঙাওবীদোনা, তামোচানা ওম্মি হায়দুনা……!

বসন্ত —নংবু ঙাওদে হায়রিবরাও! ঙাওবতা নত্তে, নংদি কৈবসু কুইরবনি। নত্তে, নংবু ঙাওখ্রিবরাও? নখুত্তা শিবা মা খুদোপ অনিবু অরেম্বদা হুন্দোকপা ওম্বা নংবু ঙাওদে হায়রিবরা? নং অসুম য়েংবিরিবনি, য়াদ য়ারকত্রগা নং তেজপুরগী পাগলা জেলদা থারগদবনি। পুম্নমক খংঙবা তারিবা ঐঙোন্দা নচিন থিদুনা পংঙাং ঙাংবা শারদনা।

হেমন্ত —তুমিন লৈরো, তুমিন লৈরো রা মখা তারগনু। বসন্ত! নংগী লুপা ৫০৲ অদো তামো পিরগে।

বসন্ত —তামোনদি কননবনি হায়দুনা তাকপিরিবা, মত্তুনা কায়খ্রিবা য়াদি আঃ য়োথ্রে। লুপা ৫০৲ অদু পিবিবা পিবিদবগী য়াদি করিসু লৈত্তে। তামোনা মাবু অদুম্না কনথৎ কনথত্তুনা মানা মনিং তম্বা অসুম হেনগৎলবনি। তামো! কত্তহৌদি অমোং অকাইবু মী উত্রগা লোইরে, খংত্রগা

লোইরে হায়ত্থনা অসুম কুপশিন্দুনা থম্বনা করি কান্নবগে ? অমোৎ অকাই ফত্তহৌদি অত্থনা পুমথরক্লগা ইমুং অত্থগী মাং-তাক্লবনি ; অত্থগী শরুকপুদি মনম মহা ফংলোইদবা মফমদা থাপ্পা হুপ্পেকখিবনা ফরোইদ্রা ?

হেমন্ত— মত্থমকসু হেক য়াবা নত্তেদো।

মোহি— (কপশিন্নত্থনা) তামে'খোইনা অত্থক য়াম্না মুংশিদ্রবদি, অত্থ য়ৌনা লৈহন্নিংদ্রবদি ইরাইবক্কীনি, চৎপা তারেদনা। মীগী ফৌসু-লংসুদা য়াওরবসু চরাতদি হেল্লোইদনা।

রজনী— তুমিন্না লৈরো, মীনা তা'রগা লৈকাই কুম্মৈ ওইরনি ; রা মথা তারগনু। মোহিনী ! লাও ইমুংদা চংঙশি লাও।

(রজনী মোহিনী চংখিবা)

বসন্ত— তামোনদি থংদ্রবা, মাগী ফননবা হায়বা পূন্নমক অসে, মাগী মফমদদি হু ওইনা থোক্লবনি। তামো ! ঐগীদি হায়রিবা অসিনি ; অফবা মুমিৎ অমা য়েংলগা মোহিনীবু মপুরোইবগী মনাক্তা থিন্নবা তৌসি নদ্রবদি ইমুং মহি লাংবদি তরাইথোকখ্রদনা মাগী পুন্সি অসি য়াম্না শাথিনা লৈথা তানা মাংখিবা তারে : তামোনা হেন্না খঙবিরিবা অত্থ মঙাই। মী অসোমগী ইমুংনা করি'মত্তা কায়বা নত্তে ; মহাক্তনা কায়ত্থনা লাকপনি ; মসিদা মতম্না নৌরিঙৈদা থিলহৌদ্রবদি হয়েং তুংদা মীনা ঐখোয়বু করি হায়নখিগনি।

হেমন্ত— ইয়াম্বসু খঙদবা নত্তে খঙজি, অত্থদা মানদি থিনবিগে হায়বা ইয়া য়াদবসিদা…। ঙস্মী হায়ত্থনা মহাকপু নমত্থনা

থিল্লুরগা, অমত্তা য়াওজবা নচনসিনা মমিত্তা মপি তাহ্না চৎখিবা অহবু তামোবু করম্না থাংহ্না য়েংহ্না লৈহৌ হায়বগেনে।

বসন্ত— হৌজিক ঙহাক মমিত্তা মপি তাবা অহ্না হয়েং তুংদা অকবা মুঙাইবা ওইগদৌরিবনি ; তামো। পিতনা প্রেম লৈবনি, পিতনা মুঙাইবা ফংবনি, পিতনা শাস্তি ওইবনি। মমা মপা মচিল মনাও শাগৈ নাতৈ কনাগুম্বা অমনা শিথ্রবদা, লৈহৌরিবশিংনা করিনা অপেনবা ওইবগে, মিংকী পিতনা অপেনবা ওইবনি। অহ নত্তহ্না মহাক্না ঙহাক মমিত্তা মপি তাবা অহ য়েংবা ঙমদবদগী হয়েং তুংদা মপুন্সিচুপ্পা মমিত্তা মপি কংদবদো তামো য়েংবিবা ঙমগদরা ? তামোনা য়ুমগী অহলনি, ফননবা শিনবিয়ু। (থোকখিবা)

**Light Off**

---

## ৬ শুবা উৎপা

মতম ঃ—মুংখিল

(মাধবকা ব্রজমণিগা রারি শাহ্না থোরকই)

মাধব— তাইবুঙো ! ঐনা হায়জরিবসি অমুক্তং রাখল তৌবিগন্ত্রা ?

ব্রজমণি—ইবুঙো চুম্মী। ইবুঙোনা হৌজিক আকপিরিবা, বীরমঙ্গল হায়রিবা নিপামচাহবু পোকপা প্রোফেশর গোপাল বাবু

অদো নোংমা লাক্লম্মী। ঐনা অমুক্তা খঞ্জখিগে হায়বদগী অমুক হল্লকখিদ্রে।

মাধব— অহুবু খন্ননিঙাই অসিবু করিমতা লৈবিদ্রবরা ?

ব্রজমণি—লৈনে ইবুঙো ! হেমন্ত ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকী মনাও নিপা বসন্তদা রা লোইনথরে। ঙুহো‚বগী মুমং লেপকদবদা মঙাহরে।

মাধব— রা লোইনব্রবস্লু, ঐ রা অমত্তদি হায়জহোগে। বীরমঙ্গল হায়রবা নিপা মচা অসি লাইরক লাইশু মতিক চানা হৈতে হায়বতনি, নিপা অম‚ ওইবগী মাগী মশাদ‚ করিমত্তা অর'ৎপা লৈতবনি। (মতম অসিদা হেমন্ত লাকই। মাধব, ব্রজমণি মখোয় অনিনা হেমন্তবু উদে। হেমন্ত চপ লেপতুনা ঙাংনরিবহু তাই) অহুগা হেমন্তগী মনাও নিপা বসন্ত হায়রিবা নিপামচা অসিদি তাইবুঙোনা খংবিদ্রহুনা তৌরবনি। অখংবা মী খরনদি তুক্চনরবনি।

ব্রজমণি--কৈদৌরবগেনে ইবুঙো ?

মাধব— তাইবুঙোনা খংব-তাবিদ্রহুনা তৌরবনি। মতৈমা রজনীগী মফমদা নত্তবা মিৎয়েং য়েংভি হায়হুনা রা-রা লাওনরবসিবু।

ব্রজমণি--মীওইবনা চৎপা হৌনদবা শাজৎ অহুবু, ওইথোক্কবা রানিদা।

মাধব— সংসার অসিদা ওইথোক্কবা করি লৈবগে ? মীওইবনা ঙমদবা হায়ববু থরাই শেম্বতনি। তাইবুঙো! রা শাংহুনা কান্নদে। বীরমঙ্গল হায়রিবা নিপামচা অসিনা‚ য়েংবদদি মপালথোংদা ভিংখংনা কুয়োম ওইবা মমুংদনা আয়ুত চেনবা থৈবোংগুবনি।

অতুগা বসন্তনা মপালথোংদা য়েংবদদি ফজরগা মমুংদদি তিলমক্তা চংবা হৈবে'ংগুম্বনি।

ব্রজমণি—অতুবু···। (হেমন্তবু উবা)

ইবুঙো হেমন্ত! কদোমদনো?

হেমন্ত— খুড়াইবুঙো ননাই ঐ······(খুকম্বা)

মাধব— তাইবুঙো ঐনা হাযজরিবসিনি: ঐগী অনাবা অসি মপাল-থোংদা য়েংবদি করিস্ব তৌত্রগা মমুংদদি তিল চংবগুম্বা ওস্থোক্না শাথিরমলে। অতুনা তাইবুঙোনা অমুক্ত······।

ব্রজমণি—ইবুঙো, ইয়াম্বা খংলে।

মাধব — অতুদি চৎচরগে।

ব্রজমণি—ইবুঙো। (মাধব থোকখিবা)

ইবুঙো! কদাইদা চৎকদৌরিবনো?

হেমন্ত— ঐ খুড়াইবুঙো উনজগে হায়তুনা শংগাইদস্ব চৎচরুরে, অতুদা তাদ অসিগা চৎমিন্নখি হায়তুনা·········।

ব্রজমণি—ইবুঙো! খুড়া অথুবা থবক অমত্তং চৎকে হায়তুনা থোরকপনি। করি হায়গদবা লৈবগে?

হেমন্ত— ননাই ঐ অমুক লাকচরগে। খুড়াইবুঙোগী লেংগদবা থবক অতু লেংবিরুরো।

ব্রজমণি—অতুদি খুড়া চৎলগে।

হেমন্ত— ফনি লেংবীরো।

[ব্রজমণি থোকখিবা; হেমন্ত চিংনবা হুঙাইতবা ইপাক্তা তাউতুনা লৈহৌবা; মতমসিদা চাকনিবী ঈশৈ শক্তুনা থোরকপা]



সীতা ! জনকনন্দিনী সীতা !
পতি সেবা ক্বজন্নবী সীতা !
শেংজরবী নংগী পূন্নিদা,
মীনোক মৈশা লাংলেদো সীতা !
সীতা ! চহি অরামরি চূপ্প',
অশোক বন্দা লৈরুরবী,
চংনা মৈমুং চংলুরবী,
অরা মৈশা থাংলুরবী,
মীনোক মৈশা লাংলেদো সীতা ।

চাকনিবী—মহাশয় ! মহাশয় ! ভিক্ষা। (হেমন্ত তাদবা) মহাশয় ! ভিক্ষা। (হমন্ত তারক্লুনা চংশিল্লকুনা শেল পিবা)

অচূম্বনা চিদাইদা চেল্লি,
অরানবনা ইয়াইদা চেল্লি,
চেম্থরক্রে রামচন্দ্র অম্মা।
লঙ্কাকাণ্ড লামাই খুদিং
সীতাগী পিনা ইথক হৌই।
সতীশিংগী শিরমণি
অমজহৌ ফিদম সীতা।

**Light Off**



## ৭ শুবা উৎপা

মতম ঃ— সন্ধ্যা মতুং

(হেমন্তগী ইমুংগী কা, লৈতেং চপ চানা লৈ, রজনীনা ফমুংদা হিপ্পী, বসন্তনা মথোং য়াম্থুহ্না ফমুংদা ফমহ্না লৈ)

বসন্ত— ইতৈমা করি ওইনা ঙমদ্রিবনে'নে ?

রজনী— ইবুঙো ! ইতৈমা ঙসিদি ওন্থোক্লা ঙমথিদ্রে। কোক অসে শুকহায় হাইগৎপা য়াথিদরে।

বসন্ত— কোক চিকইবরা নত্রগা ঙাওরিবরা ?

রজনী— ঙাওরিবনিনে। খংদ্রে, ইতৈমগী হকচাং অসে শিথিগনবু হেন্না ফরপোৎনি।

বসন্ত— হকচাং শোল্লবদি কোক ঙাওবা মশিন্নি। ঙসি নুমিদাং-ব্রাইগীদি হিদাক থক্লব্রা ?

রজনী— থকত্রি, কোক অসে ঙাওমনখিবনা ঙহাক্তা হৌগৎপবু ঙমথিদ্রে।

বসন্ত— মোহিনী লৈত্রা ?

রজনী— খংদ্রে ইবুঙো ! মোহিনীগী মতৌ অসে। ঙহ'ক্তা য়ুমগী মখাদা লৈয়ু হায়বা য়াখিদ্রে। মাগী ফননবা হায়হ্না নুমিৎ খুদিংগী ঙাংবা অসে মাগী মনাদা করি'মত্তা হাপ্লা লৈখিদরে। নহাক ঐহাক অসে মাগী য়েক্লবা ওইনা থোকখ্রে। করম থোক্লগবনো খংদ্রে।

বসন্ত— ঙাংগু রন্থু ইতৈমা মরাচানি, মাংজরগা মাংজবা হায়বহ্নি। ঐশু অসুরাই ফাওবা থবক অমত্তা চংলুথিগে। হিদাক

অসি থকচিল্লো। (হৌগত্তুনা গ্লাস অমদা হিদাক হৈবা) শেঃ ইতৈমা! (রজনী হৌগত্তুনা ফম্বা, বসন্তনা রজনীগী ময়াদা হিদাক হৈজিনবা, বসন্ত কমথবা, রজনী মকোক ঙাওত্তুনা তুথবা, মতম অসিদা হেমন্ত উখিবা, থুনা চৎখিবা)

ইতৈমা! ইতৈমা!

রজনী— ইশঃ ইমাইপেম্মা! করি মত্তোনো?

বসন্ত— ইতৈমা! নংগী নশা অসে য়াম্না থিনা শোল্লে; অত্তুনা তৌরবনি। থরা নিংথিনা পোথাও। নশা থরা য়োকউ, ইমুংগী থবক ইনথাংকা পংতৌ তৌরুম্ম। (মতম অসিদা মোহিনী চংলকই) হৈঃ কদাইদা চৎলুই? মীনা ঙাংঙি হায়বগী মনাদা করিমত্তা হাপ্তুবা অসিবু। মীগী মমাংদা চোপনিংবরাও। নঙোন্দা ঙাংলিবা শকইবা অস্নুমা ঙাংলবদি শা, ঙা ফাওবা মরোন থংলগনি। নংবু করম্বা মীনো? ইতৈমম্ম মশা ঙমদত্তুনা লৈরে, ইমুংগী থবক-ইনথাংকা থরা য়েংশিন-খোচিনগেদি হায়ত্রদনা, মুমিৎচুপ্পা কোইবা-লংবত্তনা নথৌ ওইবসিবু নমাই অদো করি'মত্তা ইকাই-ত্রবরা? (গ্লাস লৌখত্তুনা) শেঃ, ইতৈমনা হিদাক থকপগীনি, চামথোক্লগা টেবিলদা থম্মু। (মোহিনী য়াদবা)

রজনী— থম্মু, থম্মু ইতৈমা চামথোক্কে।

বসন্ত— শে-নে। (মোহিনী য়ানিংদনা গ্লাস পায়ত্তুনা থোকখিবা) ইতৈমা! ঐ ঙহাক চথোকউখিগে।

(বসন্ত থোকখিবা, মোহিনী গ্লাস পায়দুনা চংলকপা)

মোহিনী—(শাওনা টেবিল মথক্তা গ্লাস থম্বা) ঐবু মীনাইদৌনা… ।
(থোকখিবা)

(হেমন্ত চংলকপা, রজনী হিপ্লম্বদগী ফম্বা)

রজনী— ঙসি থরা থেংঙকপবু…… ?

হেমন্ত— থেংঙকপনা ফজ্রনে ?

রজনী— করিনো হায়বিরিবা অসিবু ?

হেমন্ত— হায়বদি অসিনি—-থেংনা হৃপ্লিল্লক্লবদি ইমুং অসিদা অমগা অমগা ঙাংনরিবা রাঙাং শাঙাং, চৎনরিবা শাজৎ অ'স ইমিৎসিনা উবা ফংজ্রেদনা ।

রজনী— অদুদি ঙসিদা নত্তনা স্লমিৎ খুদিংগী থেংনা হনবিরকপা তারি ।

হেমন্ত— মদুদা তাগদৌরি ।

রজনী— মোহিনী নংগী তামোচাগী চা শেমখিবগী কেট্লিদা ঈশিং অশাবা লৈরমগনি, তামোগী চা খা শেম্মুদনা (মোহিনী মমাই লৈথোকপা) তোকও-তোকও ইনম্মা শেম্মুরগে ।

হেমন্ত— নংস্নু নশা ঙমজ্রবদি তৌরম্নু ঐ থক্লরোই । ঐ খুড়'-ইবুঙো ব্রজমণি উম্নরবা তারি থেংশ্রগনি, ঐ থক্লরোই ।

রজনী— কয়া কুইনি হায়বগে ? ( হেক চৎগে তৌবদা মকোক ঙাওদুনা ভুবা ) মোহিনী ! কোক ঙাওবনা খোং থাংবা থোক্লরে, নং অমুক্তা শেম্মুচৎলু । ( মোহিনী চৎগে তৌবা )

হেমন্ত— মোহি ! তোকও, তোকও তৌরুরম্ু। আঃ ঐগী রুমাল অসি ওম্বোক্লা মোৎলেদকো ; নখোয়গী রুমাল অঙৌবা লৈত্রবরা ?

রজনী— ঐগী উপু মমুংদা অনিথক য়াওরিবনি।

হেমন্ত— শোদি ? (মোহিনী চংখিবা)

রজনী— শো লোলহৌদে। (হেমন্ত চংখিবা) লৈরবরাও ?

হেমন্ত— (মমুংদগী) লৈরে, পুম্নমক লোইনা লৈরম্মি।

(থোক্লকপা) রজনী ! শাস্ত্রদা হায়নরিবা, "মুপী হায়বসে থাজনিঙাই লৈতে" হায়বসি ওম্বোক্লা চুমখ্রেদা।

রজনী— করি তৌরবগে ?

হেমন্ত— হৌজিক মরম হায়রুবগী করিমতা কায়দে। হৌজিক ঐনা পাম্লিবা হায়ববু—নংগা বসন্তগনা য়ুম অসি লেপহৌবা, ঐনা চৎখিবা।

রজনী— করিনো তাকপিরিবা অদুবু ?

হেমন্ত— অচুম্বনি, নহান মখে অশুম তুমিন্ন থাংদুনা লৈরকপনি অদুবু ঙসিদি য়ুম অসিদা লৈবা ঙম্বগী পাজল লৈরম্ভে।

রজনী— করি মরমগীনোনে ইবুঙো, ননাই মুপীদি মংঙম্না থোক্লে। হায়বিয়ু, করি মরমগীনো?

হেমন্ত— মরম,—য়েংঙু অসি (Photo উৎপা) নংগী উপু মমুংদা কি মরক্তা লৈরম্মি।

রজনী— কনাগী ফোটোনো ?

হেমন্ত— হাঃ হাঃ হাঃ নহাক্কী বসন্তগীনিদনা।

রজনী— মতৌ করম্না ?

হেমন্ত— রজনী ঐ রা য়াম্না ঙাংনিংদে। মসিগী মরমদা নং ঐ পংঙাং ঙাংনবগা নেংথক্তা তিল শিংকংলগা ইমাইদা তাই হায়বগুম কনাগুম্বনা তাখ-খংথ্রগা ঐখোয়গী অমাংব নত্তনা করিমতা তোংজব লৈরোই। অতুগী শরুকপুদি নখোয় খ্বাই পূম্নমক্কী নানিং থুংনবা, নমাই খুদনবা, মনা মনিন ন ইদনা ঐনা য়ুম আস থাদোক্তুনা চৎথ্রগা লেংইরেদনা।

(মতম অসিদা মোহিনী খোরকই)

রজনী-- নত্তে নত্তে ইবুঙো! রাখল অদে লাল্লে। কনাগী মীরা চানতুনা ননাই মুপীবু লাল্লা লৌবিরিবনে ? ঐগী উপু মনুংদা বসন্তগী ফোটো লৈরম্লগা করি অকাইবা লৈবগে ? মহাক্কা কনানো ; ঐগা হেক পোকমিন্নবা ইপুরানা কনানো ?

হেমন্ত— রজনী ! মুপীগী চিবোল, মুপীগী নমথাক্কা অমুক কুপ্তুনা থম্বা য়াররোই।

রজনী— মীরা ঙাংনবা তাইবংনি, মীবু মাংনবা শিনবনা মশিন্ন ; ননাই মুপীবু থাজবিদবা তৌবিগনু।

হেমন্ত — ঐ মীরা লৌবা মীশক নত্তে, ইমিৎনা উরতুনা ইনানা তারতুনা হায়রিবনি। রজনী ! বসন্ত অসিনা অতোপ্পা লমলাম্বা মীশক অমা ওইরম্লবদি ঐগী ইতিক থংলমগদবনি। অতুবু ইনাও নিপা ওইরম্বনা পাঙ্গন থোকপা য়াখিত্রেদো। মোহি ! ইবুংগী ফিরোল পূম্নমক পুথোরকউ।

মোহিনী— করিগী ভামোনা য়ুম থাদোক্লদৌরিবা ? ওক্তবীবু য়ুম অসিদগী তাম্ভোক্লদবনি। হিস, মখোয়না ঐবু য়ুম অসিদা লৈহন্নিং-দবদি অসিগীদমক্তা ওইরেকো।

হেমন্ত— তুমিন্না লৈয়ু মোহিনী, নহাক রা ঙাংগনু।

মোহিনী— তাম্মো! অসিগুম্বী ওক্তবী মুপী অসিগা অমুক লৈমিন্নবকা চনক্তরোই। (চংশিবা)

মোহিনী—(হেমন্তগী মখোংদা তুপবা) ইবুঙো! ননাই মুপীবু থাজবিদবা তৌবিগন্ন; নহাক্কী ননাক্তগী ঐবু কাওথোকপিগনু। নহাক্কা ঐগী পুন্সিগী চংজফমনি, তোল্লবী মুপী ওইবীগী মপোক্কি। মীনোক চাউরবা তাইবং অসিদা ননাই মুপীবু করম্না···।

হেমন্ত মীনোক চাউরবা তাইবং অসিদা নংনদি করিগী মীনোক-মৈশা চংনবা থবক তৌরি ? ঐ রা চবেৎ-চবেৎ ঙাংব পামদে। হায়দোক্লিৈভদদি হায়ভ্রিভৈনি, হায়খ্রবদি ঐগী লোইরবনি।

রজনী— ইবুঙো! ননাই মুপীবু তশেংনা কাওথোকপিবা তারব্রা ? হায়জবা পূম্বা থাজবিদ্রে। অদুবু থংদ উদবা ইবুঙো মহাক্তনদি থংবিরিগনি।

(মোহিনী অঙাং পমদুনা থোরকপা)

মোহিনী—তামো!

হেমন্ত— (মচাবু য়েংলুরগা) রজনী! নংবু থাজরম্মী, য়াম্না থাজরম্মী। অদুবু থাজক্তবনা অপংবা ওইরম্লে। তাইহেজ্রবা, তাবজদা তু চুংলবা রানা নাকোং অসিদা শীংজা য়ৈবগুম থোক্লবনি।

বদনাম পুন্নমক অহু থাংগে হায়না রাম্না রানা থাংলকপনি অহুবু খাংব শুম্মক্তরে। তাও রজনী ! ন'গা ঐগা লৈমিন্নবা তারবদি বদনাম অদো কোক্লবগীদমক, মীনে'ক মৈশা শাকুথোক্লবগীদমক বসন্তগা ঐগা ইচিল ইনাও পুন্সিসিগী কায়নবা তারি।

রজনী— ওঃ মহুরা ইবুঙো ! ঐ অমা মাংজখিবদি করিস্ত লৈতে, করিস্ন থংজত্রবা শেংলবা ইনাও নিপাগী পুন্সিদা অমুবা মিংচৎ থগীগনু। চৎচরগনি, ইরাইবক্রীনি। কারিস্ন লৈত্রবী লমলাননী ঐ অমগীদমক্তা পোকমিন্নবা মচিন মনাও কায়নবীবা চুমদে। মাংজত্রশনু, অরেম্বা মপোক অসে। অদো করিগুম্বা অমত্তংদি……।

হেমন্ত— চিংনবা লৈতনা হায়য়ু।

রজনী— অঙাং অসে ইবুঙোগী নরলনি, অহুম ওইনংক মমা ওইবীগা কায়নবা য়াত্রিবা মতম অহু ফাওবদদি…।

হেমন্ত— য়ানি পুখো।

রজনী— মোহি ! ইনম্মা চৎলগেকো ; লৈমিন্নবা হায়বা অসিদি অমুক থৎনবা, অমুক চান্নবা হৌনশানিদো। ইনম্মনা নহানমথৈ লানথিবা য়াওরবস্ন নহাক্না শাকউকো, নহাক তামোথোয়গী সেবা নিংথিনা ভৌকো।

হেমন্ত— রজনী ! নংগী নপোৎ-নচৈ লোইনা পুখিবা য়াগনি।

রজনী— ঐ করি'মত্তা পুজরোই, ঐনা অসিদা লাকচবা মতমদা করি লোয়নরক্কুনা ঐনা করি পুগনি। ঐ করি'মক্তা,

পুজরোই ; এঁনা পুজগদবা, পামজবদি… (চংঙকুনা হেমন্তগী খুয়াগী উফুল লৌহনা লাইবক্তা কৎপা) অহুগা অসিমদি হায়জরমগে—ননাই মুপীনা লাপ্পদবমক্তা ওইরবদি, ইচা অসি কোন্দুনা য়ুম অসি অমুক্তদি কোপ্পরথিগেকো। চৎলসি ইমাগী ইবুঙো লাইবকথিবা! ইমাগী লায়র থাংপোকশংদা। (চৎথিবা)

Light Off

---

# INTERVAL

# অনিশুবা শরুক

## ১বা উৎপা

(রজনীগী য়ুম, মু'খিল,—রজনী মথরাই মুংঙাইতনা অমদি মশা য়াম্ন: শোক্না উরে ; অঙাং পয়্নহনা, চক্রি তকুনা লৈ ; ফৌ-কা ইচাই চাইনা লৈ ; ঈশৈ শক্রি)

### ঈশৈ

হুম, হুম, হুম—

পারী নরা চাউজ্রিবা!

ইমাগী কৈরা তাজিম্বক,

খোয়েন তুমখুন তাল্লোনে।

হুম, হুম, হুম—

পারী নর্রা চাউথ্রিবা !

থম্মোইগী থাজ সুংশিবা !

মীরেন মপুং ফাত্রিবা !

থাজ মপুং ফারোগবা,

ইমাগী 'মথ্বা কোকহল্লো ।

হুম, হুম, হুম—

করম্বা লোইদাম থাজদা,

পারী কাংদোং ফাহুনা,

পম্মৌ শরেপ ফংগবা ।

(বসন্ত চংঙকই)

বসন্ত— ইতৈমা !

রজনী— বসন্ত ! কদাই চৎলুরিবনো ? (হোৌগৎপা)

বসন্ত— (অঙাং লৌবা) অফিসতগী হেক কুমলকপগা ইতৈনবু উনগে হায়রুনা লাক্লিবনি ।

রজনী— (মোড়া লৌথোক্তুনা থাবা) ফম্মু অসিদা । (বসন্ত ফম্বা)

বসন্ত— ইতৈমা ! অঙাং অাস মশা ঙমদবরা ?

রজনী— ঙসাই অয়ুক্কগী মশা শাগত্তুনা থাদোকপা ইয়া য়াদরুনা লৈরবনি ।

বসন্ত— ঙরাং মুমিদাংস্ত থরা থেংনা হৎশিল্লক্কুনা ইতৈমা অসুম্বা চৎখ্রে হায়রবসি থংঙমদে। করি মরমগীনো ইতৈমনা য়ুম থাদোক্কুনা চৎলিববু ?

রজনী— করিস্ত তৌদে ইবুঙো।

বসন্ত— নত্তে, মরম লৈতবা হৌনদে। হায়য় ইতৈমা, নত্রবদি ঐ হৌজিকমক ইতৈমবু পুত্থনা চৎকনি।

রজনী— ইতৈমগী ইবুঙো! নং মরম অসি খংলগনু।

বসন্ত— ইতৈমা! নহাকপুদি ঐনা ইমামক্কি খল্লিবনি। অদুগা ঐবুদি অতেপ্পনি হায়না খনবনরা?

রজনী— বসন্ত! নংগী রাখল অদো অরানবনি, নংনা নপুক্কিংদা অদু য়োনা ব'রোরবদি হায়রগে;—ঐনা য়ুম অদুদা লৈরগা নংগী তাম্মোগী মপুক্কিং মুংভাইতে হায়, অদুনা নং তামোগী মপুক্কি' মুংভাইনবগীদমক্তা ঐনা লাকপনি।

বসন্ত— ত'মো মহাক্কী মু'ভাইনবগীদমক্তা মুপী ওইবী, ইমাশক্লবী ইতৈনগী পুন্সিন, অরেপ্পদা মাংব অদুবু ঐনা করম্না য়েংদ্লনা লৈগনি।

রজনী— অরেম্বা নত্তে ইবুঙো! নংগী ত মোগী মুংভ'ইনবগীদমক্তা ঐগী পুন্সিনা মাংজখিবদি ইতৈমগী য়াম্না লাইবকফবনি।

বসন্ত— মত্থককা ঐ করি'মত্তা খংদে ইতৈমা! হৌজিক ঐগা লোইননা চৎকদবনি। তামোন' য়াদ-য়াত্রগা ইতৈমগা ঐগা তোঙান্না লৈরগা লৈথোকসুভ'ইদনা।

রজনী— নত্তে ইবুঙো বসন্ত! তামোগী মপুক্কিংনা মুংভ'ইত্রিবা অদুকী মথৈ ইতৈমা অম্মুম—।

বসন্ত— ইতৈমা! নহাকপু ঐনা কয়াগী মতিক মুংশিজবা, কয়াগী মতিক লুনা থজবা, ইতৈমদি খংত্রবরা?

রজনী— খংভি, খংদবা নত্তে; অহুবু মতম খরা অস্থম থোকউ হায়না লাইবক্তা তমখ্রমাল্লে।

বসন্ত— ঐনা মুমিৎ খুদিংগী চথোকলমদাইদা "ইবুঙো ভস্তা হৃপ্পিল্লক-উকো" হায়না ইমাশক্লা নংনা পাওমেনবিবা অহু তারগা ঐনা কয়াগী মতিক মুংঙাইজবা। নহাক লৈত্রবদা কনানা ইমাশক্লা নাউকোনবিগনি? নত্তে, নহাক লৈত্রবা যুম অহুদা ঐস্থ লৈররোইদবনি।

রজনী— মাংঙে মাংঙে ইবুঙো! নংনা অহুম তৌরবদি, নংনা যুম থাদোক্লবদি তামোবু মীনা করি হায়নগনি। নং য়ুম থাদোকপা য়াদে, নিংথিনা লৈগদবনি; ইতৈমগীদমক্তা নং করি'মত্তা খল্লুগন্নু।

বসন্ত— মসিগী মরমদা ঐ তামোদা চপ-চাবী হংলুখিগনি।

রজনী— বসন্ত! নহাক্লা ইতৈমগী মরমদা নংগী তামোগী নাকোং ব্রাই চিহ্লল্লবদি নতৈমা ঐবু হাৎপা পাপ পুজগনি।

বসন্ত— পাপ! অস্থক থরাই মুংঙাইতনা লৈগদবগী শরুকপুদি অহু-গুম্বা পাপ কয়'না চাকথেক্কুনা হকচাং অসে উৎকী মপৈ ওইনা। তুমগে হায়রবস্থ তুমজখ্রশন্নু। হৌজিকমক চত্তুনা মায়োক্লতনা হংলুখিগনি। মুপীগী পুন্সিবু শাম্নপোংকুম থনবা, পুকচেল য়াংলবা, মশাগী ওইজবতা য়েংলবা, পুকচেল পিক্লবা মহাকপু ইয়াম্বনি হায়হুনা করি অমুক ব্যবহার তৌকম থোক্লবগে?

রজনী— (শাউনা) বসন্ত! (মখজাইদা খুবাক্লা থাবা) ওঃ

বসন্ত— (মোমোন নোক্তুনা) ইতৈমা ! ফরে, ইতৈমগী রাখলনা অদু য়ৌথ্রবদি…।

রজনী— (মথুবাক্তা মুন্না য়েংলগা) বসন্ত ! ইতৈমবু র রৌগনুকো।

বসন্ত— মমানা মচাদা নুংশিনা নানবিববু করম্না রারৌফম থোকপ-গেনে ইতৈমা ?

রজনী - বসন্ত !

বসন্ত— ( অঙাং পিবা ) ইতৈমা ! ইতৈমগী হকচাং মতা অদুনা চক্রিকা — ।

রজনী— থম্লুরম্নু, নতন মতমগীনি ইতৈমা করি'মতা রাদে।

বসন্ত-- (ফুরিৎখাউদগী পৈশা লৌথোকপা) শেঃ ইতৈমা ! অঙাং মশা ঙমদবগী হিদাক লৈনবা অদুগা অরেম্ব. অদুনা ইতৈমগী অরাৎ-অপা মেম্নৌ।

রজনী— করিগীনোনে ?

বসন্ত— Boy ! শেঃ (অঙাংদ পিবা)। হোরেললা হয়েংলা ইতৈমগী হিদাকম্ব লৈরগা থিল্লক্কে। Boy ! চৎলগে, নাব ফরোকো।

রজনী— বসন্ত ! ঙন্না ঙন্না য়ুমদা হল্লিন্নুকো। তামোবু রাহুনগনু ; তামোনা ঙাং শকপদা থুম-লাকনুকো ইবুঙো।

বসন্ত— চৎচরগে ইতৈমা !

রজনী— চৎলো চৎলো।

(বসন্তনা রজনীবু থুরম্মী)

**Light Off**

## ২শুবা উৎপা

### লম্বী

(মতম :— লুমিদাংবাই। মোহিনী বীরমঙ্গল ন্নারী শাতুনা লাকই)

মোহিনী— হৌজিক্তি লেংপোক লেংশিন অকাযবা লৈত্রেদনা ?

বীরমঙ্গল— মসি অছুক যাম্না পংলেম লেম্বা জাং নত্তে, অপনবা লৈজনা করম্বা লুমিং থাদ…।

মোহিনী— অতুগীম্বু মতম লাকখিনিএ।

বীরমঙ্গল— অছুবুদি চুম্মিদা, অছুবু ঐগী পুক্নিং অসে ইম্বুং মুংঙাইবা ওমদেনে।

মোহিনী— অছুবু করিগীনো ? ঐঙোন্দা হায়বিও।

বীরমঙ্গল— হায়রুছুনবু করি তৌকগবনো, নংনস্তু ঙম্মোইদবদা।

মোহিনী— ঙম্মোই হেক্তা খংবিরবরনে ?

বীরমঙ্গল— তারিবা পাউ অসিনা অচুম্বা ওইরবদি ঐগী করি মুংঙাই-নিঙাই লৈরিবগে ?

মোহিনী— করম্বা পাউনোনে ?

বীরমঙ্গল— নংগী তামোচা—বসন্ত লুহোংগদৌরে হায়বস শোইত্র-বরাও ?

মোহিনী— শোইদ্রে ; খুড়াইবুঙো ব্রজমনিনা পোকপী সোরোজিনীগা হোংগদৌরে।

বীরমঙ্গল— অতুদবু ঐনা করম হায়না মুংঙাইদৌরিবনো, ননম্মা রজনীগী মছুৎ সোরোজিনীনা শিল্লবতনি। হায়গী হামু হামু তাগদৌরি। অরিবগা অনৌবগা ওন্নবতনি।

মোহিনী— মতুগীদমক্তাদি থোইনা য়াবিরক্তু। তামোনা লৌবগী মিংগৌতবু ইনম্মা কৌগদৌরিবনি। ঐনা শুমতুনা থম্বা শুমজগনিএ। মা লাকপদা থোইনা পংকাই কায়রোইদা।

বীরমঙ্গল— মস্তেদা, নঙোন্দা অতুক য়াম্না র'ই চিনগদবগী শরুকপুদি…।

মোহিনী— করিগী য়াই চিন্নুগদগে। ঐগী ইকাদা পংয়েং য়েস্তুনা ঐগী লম্বীগী অপনবা ওইরক্লগাদ ইনম্মা ব্রজনীগুম মহাকস্ত মপামদা চংচখিবস্ত মস্তাইদনা। অতুবু করি লৈবা থবক্লো।

বীরমঙ্গল— থবক পুম্নমক হায়দোকপদদি করিস্ত লৈতবনি, পায়থংপা তারবদি হেক্তা লুবনি। ঐনা হায়বদি অসিনি—নঙবনা অওইবা শাতুনা, মীগী মমুম মকৈ থুগাইবা হায়বসে চাউখ্রবা পাপ অমনিনে; অতুগী শরুকপুদি নং ঐ নিংবা থুংনদবনা হেন্না কৈ।

মোহিনী— অতুবু, পাম্বিরিববু ক্যরিনোনে?

বীরমঙ্গল— কৈদৌরুনি নঙোন্দ হায়রক্তুনা; ইশাগীদা য়েংবা তাক্তুনা তোকনি।

মোহিনী— হৌজিকী মতমদা ইশাগী ওইজবা থিদনা মীগী কায়নবা য়েংভুথিগদরাও? হায়বিয়ু হেক্তা।

বীরমঙ্গল— নংগী তামোচা বসন্তগা সোরোজিনীগা লুহোংলব' তুংদা মীগী মমুম থুগাইগদবগী শরুকপুদি নংনা ঐবু তশেংনা মুংশিবিরবদি লুহোংবা অসি কায়ননবা শিজ্জোবনা কৈ। ঐগীদি তশেংনা হায়জরিবা অসিনি—মতু শুম্বিরোইদবা লৈরবদি হয়েং তুংদা মীগী মমুম থুগাইবা ঐ কয়া পামদে।

অতুনা, ঐংস্থ নংগী আশা থাদোক্লগে, নংস্থ ঐগী রাখল কাউখ্রে। অহু ওইরবদি নং ঐদা ইরুজখোকপগুম ইশেং শেংলগনি। করি হায়গে ?

মোহিনী— অহুবু, লুহোংবগী মুমিৎ লেপ্পখ্রবা অসিদা হৌজিকপু মতৌ করম্না… ?

বীরমঙ্গল— করি লুরুগবনো নংনবু তৌগে হায়রবদি—পাংথোক্লবা মরম অহু ঐ হায়গে।

মোহিনী— হায়রোনে করি মরমনোনে ?

বীরমঙ্গল— সোরে গা নখোয়গদি থোইনা লাপ্পদেদনা, অতুনা হোরেল্লা হয়েংলা চত্তুনা সোরোজিনী মশামক্তা— (লোন্ন' রা থরা হায়ব) থংডেদনা ?

মোহিনী— হোইনে হোইনে।

বীরমঙ্গল— মহু ফাওবা থবক মহৈ চাত্রবদি মতুং তাবা লাক্কনি।

মোহিনী— অহুদি চৎচরগেনে।

বীরমঙ্গল— চৎলোনে।

(মোহিনীগী শমজিদগী লৈ লৌই ; মনম নমই ; মোহিনীনা শুগৎলম্লগা থোকখি।)

**Light Off**

---

# ওশুবা উৎপা

মতম ঃ- মুংথিল ; থোঙাল লৈকোল

(সোরোজিনী খবর পাহুনা, লৈপন্দা ভাহুনা লৈ, তাপ্পা অসিদা মোহিনী লাকই)

মোহিনী— সোরো !

সোরোজিনী— হৈমা ! করি থবক্কীনো ?

মোহিনী— ঐ থবক অমা চৎলুই, অহুদা নং উরহুনা চংলকপনি।

সোরো— ইমুংদা চংভু খিসিদনা।

মোহিনী— চংভরোই ঐ থেংখ্রে।

সোরো— নং লাকপা য়াম্না ফরে, ঐ নঙোন্দা য়া অমত্তা হংগে, য়ারৌগনুকো।

মোহিনী— করি য়ানোনে ? হেক্তা হায়য়ু।

সোরো— নখোয়গী ননম্ম' রজনীনা মপামদা চৎখ্রিবসি করিগীনো ?

মোহিনী— ঐ কয়া মুন্না খ'দেনে।

সোরো— লৈমিন্নরগা খ'দে হায়বরা। কৈদৌবগে হায়রোবা ?

মোহিনী— লৈবাক পুংজাও থিনখ্রব' য়াকম অসিবু নংদি তারম-ত্রিবোইরে। তামোচা বসন্তগা ইনম্মগা নত্তবা শাজং চৎলমই হায়হুনা ঐখোয়গী তমোনা তাম্মোকখ্রিবনি।

সোরো— মী খরনদি পাংভাং ভা'নৈ অহুবু থাংভৈশংবা য়াকমলা ?

মোহিনী— ঐনা হায়বা থাজত্রবদি কনানা হায়বা থাজগদৌরিবনো ? মচন ওইবীনা মবুংগী ফত্তনবা হায়বা হৌনব্রা ?

সোরো — অছুবু নখোয়গী তামোনদি ঐবু··· ।

মোহিনী— সুংশি, নত্রা ? মহু নিপাগী শাজংনি, অরেপ্পনি থক খল্লুগনু । বদনামনা রা-রা লাউরবা অসি ফাওবদা ঐখোয়গী তামো'দি হনবা স্নক্লে লৈত্রবনি । মসিগী খল্লুবদনে সোরো; ঐদি শনিংঙপোৎনি । হেক পোকমিন্নবা ইবুং মহাক্কী ফজুনবা রাবু মচন ঐনা হায়বা হৌনত্রা ? সুপীগী অরাবদি সুপীতনা খংবান । ঐঙোন্দগী নংনা হেন্না জ্ঞান লৈরিবনি । নিপাদি তরাগী মপুনি, নং ঐদি অমনা লোইরবনি । মুন্ন' রাখল তৌহৌবনা কৈ । অছুদি ঐ চৎলগেকো ।

সোরো— চৎলো । (মোহিনী চৎখিবা) করিনো হায়রিবা অসিবু ! হেক পোকনিন্নবা মচননিকো !

(রাখল থন্দুনা লৈবা, বসন্ত হিদাক লিক্লি অমা পায়হুনা লাকপা)

বসন্ত— সোরো !

সোরো— কদাইদা চৎকদৌরিবনো ?

বসন্ত— ঐ ইতৈমগী হিদাক থিনবিক্লগে তৌবনি ।

সোরো— ইতৈমা হায়বদি ?

বসন্ত— ঐখোয়গী ইতৈমা রজনীবু খংত্রবরাও ?

সোরো— ঐখোয়দা লাকপদি নত্তেদনা ! অছুদি মফম অসিদা পনবগী করি কান্নবা লৈ, চৎলোদনা ।

বসন্ত— সোরো ! করিনোনে নংনা হায়রিবা অসিবু। নং উনরবদবু মিকুপ' মুক্তা য়ৌনা নংগী ননাক্তা পল্লম্মরোইত্রা !

সোরো— Second অমত্তং শোইনবদা মী শিরিবনি, নংনা মফম অসিদা মিকুপ' মুক্তং পনবদা নংগী অশা য়াম্না কায়গনি চৎলো। (সোরো চৎকে তৌবা)

বসন্ত— সোরো !

সোরো— নংগা মাইযোক্লত্থনা রা ঙাংননি-ত্রবা ঐগী ইমিং পনবগী নংগী করি তোংজবা লৈ ?

বসন্ত— মরমদি—

সোরো— মরম ! হুমঃ (চৎকে তৌবা, থৎপা)

বসন্ত— হায়য় করি মরমগীনো ?

সোরো— মমাগুম্না নিংগদবা মতৈমগী মফমদা নত্তবা মিৎয়েং য়েংবা, অত্থগুম্বা মীশক অত্থগা ঐ রা ঙাংননিংদে।

বসন্ত— সোরো ! অত্থরা ? (চৎখিবা)

(সোরো নিঙমদবা, শাউনিংবগা লোইননা য়েংত্থনা লৈহৌবা)

Light Off

— ——

## ৪শুবা উৎপা

(মতম ঃ—অয়ুক ; ব্রজমণিগী য়ুম—সোরো মথরাই মুংঙাইতনা ইমুংদগী থোরকই, chair দা ফমদুনা লৈ ; মতম অসিদা বিধু চিঠি অমা পুদুনা লাকই।)

বিধু— কৈদোরে ইবেম্মা ? নশা ঙমদ্রবরা ?

সোরো—করিম্ম তৌদে খুড়া।

বিধু— ঐনা থোঙ্গালদা লেপ্তুনা লৈরিঙৈদা ইবুঙো বসন্তনা ঐঙোন্দা চিঠি অমা পিরকই।

সোরো—কদাই খুড়া !

বিধু— (পিবা) ঐনা চংঙুখিসি হায়ববু চংঙরোই হায়রম্মী। (বিধু চংখিবা, সোরোনা চিঠি ফাক্তোক্লগা য়েংবা, মন্নুংলোমদগী চিঠি পারকপা)

সোরো ! নংনা ঐবু চিংনবগুম্না ঐসু নংবু চিংনৈ। অদুনা নং ঐ কায়নরসি। নখোয়গী পাবুংদমু লুহোংবা হায়দোকপগী মরমদা চিঠি অমা পিখিবনি। লোইরে ঙসিদগী নংগী রাখল। —ইতি ; নংগী বসন্ত।

(মন্নুংলোমদগী ঈশৈ অমা শকলকই)

### ঈশৈ

মুংশিগী কৈথেল থমথরে,
থায়না অহিংদা তিনথরে,
কায়না মৈখুনা কুপথরে।

বিদাইগী কোলোইগা লোয়ননা
নাইতোম পাইবা চেক্লানা
তেংথারি থম্মোই কায়না।
পুন্সি ইচেল তোর্বান্দা,
লেংদ্রবা পামেলনা তুখ্রবদা,
লৈরোই কায়দোং' চেক্লাগী,
লৈরোইনে—।

(ঈশৈ লোইরগা বিধু থোরকই)

বিধু— ইবেম্মা! নহাক্না নথরাই অত্নক শোক্না কপলিববু করি ননিং থুংদবা লৈরবগে?

সোরো—(মপি তৈথোক্লুনা) করিস্নু তৌদে খুড়া।

বিধু— পাবুংস্নু লাক্লে। (সোরো ইমুংদা চংখিবা, ব্রজমণি চংলকই, চেয়ারদা ফম্মী) ঙসি অস্নুক থরাই মুংঙাইতনা উববু করি তৌরবগে?

ব্রজমণি—বিধু! পুন্সি অসিদা অস্নুক থরাই মুংঙাইতবা অমদি অসি য়ৌনা মাইথিবা ফংবা ঐহাক থেংনরক্ত্রি। ওম্মোক্না ইকাইখ্রেদা

বিধু— কৈদৌরবগে ইবুঙো?

ব্রজ— বসন্তনা সোরোবু পামদ্রে, লুহোংবা অসি তোক্লসি হায়ত্নুনা মশামক্না ঐঙোন্দা চিঠি অমা ঙসি পিরক্লে।

বিধু— ইস্! লুহোংবা অসি কায়বা তারবা!

ব্রজ— লুহোংববুদি করিগী কায়রুনি। ঐগী ইচাবু মমিৎ তাংবরা;

মখোং তেকপরা ; মনা পংবরা ? ইচাগী করি রাংলি ? মীগী মমাংদা খজিক্কং ইকাই হায়বগী রাতনি।

বিধু— নত্তে ইবুঙো ! লুহোংবস্থ কায়রোই হায়বিরি হৌজিকপু ইবেম্মবু কনাদা পিবা তারবগে ?

ব্রজ— মীগী মমাংদা চোপ্পদি য়াদবনিনা। মহৌশাস্থ খরা হায়ন-শিংনখিবা থোকচোম গোপাল প্রোফেসার বাবুগী মচাগা হোংবা তারে।

বিধু— থোকচোম গোপাল হায়বদি—

ব্রজ— নংনা খংঙোই, উরিপোক্কা লৈবনি College গী প্রোফে-সারনি। সোরোদো রা হায়গে থোরকউ হায়য়ু। (বিধু চংখিবা, সোরো থোরকপা) মুপীমচা ! ইপা রা হায়গে, অসি য়োনা ইকাইবদি পুন্সি অসিদা ফংঙক্ত্রি। নহাক্কা লুহোংবা অসে য়ানিংদরে হায়না বসন্ত মশামক্কা ইপাদা ওঁসি চিঠি অমা পিরক্লে। অদুনা ইপাগী মাই অসে নহাক্কা ঙাকপা তাই। নহাক মনা মনিন নাইদনা ইপানা হায়বদা হরাও-হরাও ইনবা তাই। হা—মতৈমগী মফমদা নত্তবা মিৎয়েং য়েংঙি হায়তুনা মীনা পংঙাং ঙাংনবনে ইপাস্থ কয়া পাম্মক্ত্রবনি। ফরে, হন্দকী রাফম অসে ফনবু তান চারে। মতমনগা লৈতবনে, নহাকী নপুক্লিংগী রা তাদনা ইপানা নহাকপু প্রোফেসার থোকচোম গোপালগী মচাদা পিরম্লে।

সোরো—কনা ?

ব্রজ— উরিপোক্কা লৈবা প্রোফেসার থোকচোম গোপালগী মচা

বীরমঙ্গলদা। মীগী মমাংদ চোপনিংদবদগী, নংগী লুহোংবা অসিতা কায়হন্নিংদবদগী ইপানা ইকাই ইকি পুম্নমক থাদোক্লুনা রা লোইনরম্লবনি।

সে'রো—পাবুং ! হন্দক্কী লুহোংবগী মুমিৎ অসি কায়রগা করি অমাংবা লৈবগে ? ঐহাক অসে পাবুংগী অমত্তা পোকচবা নচানি ; পুন্সিচুপ্পা নহাক্কী সেবা তৌহুনা লৈজগে, মহাক্কী মফমদা চত্তুনা পুন্সি অসে অরেম্বদা মাংহনগদবগী শরুকপুদি পুন্সি চুপ্পা নহাক্কী ননাক্তা…।

ব্রজমণি—নত্তে নত্তে, অহুগুম্বা রা অদো নহাক্কা ইপাদা অমুক তাহল্লগনু। বসন্তনা ইকাইবা পিরকপগী মথক্তা নংনা অমুক ইপাবু রাহল্লগনু। ইপাদি ঙসি ফাওবা ইশানা হায়দোকখ্রবা রাদা চিন পুখরক্ত্রিবা মীশক অমনি। ঙাংনবা শোয়বা হায়বসে য়াম্না লুবনি। অহুনা রা শোয়বা ইপা পামদে ; শানা শিবনা খোংগুলদা, মীনা শিবনা চিনফেন্দা। হায়য়ু মুপীমচা ! নহাক্কা থাঙৈশেংনমক ইপানা হায়বা ইল্লোইদবা লৈরবদি, ইপা চৎখ্রগে। য়েংঙোই মুপীমচা ! মী অতৈগুম্না ইচানি ঙস্মি হায়হুনা চৈ-থাংহুনা, অনম তানবস্থ ইপা কয়া পামদে ; ঙমনি ঙস্মোই অরেপ্পা হায়য়ু। নং ঐনা পোকপা ইচানিদনা।

সোরো—পাবুং ! নচানা পুন্সিচুপ্পা ইমিত্তা ইপি কংদবদো পাবুংনা য়েংবিবা ঙমগনি হায়রবদি, পাবুংগীদমক্তা পুন্সি অসে মাংজখ্রসনু। (সোরো চংখিবা ; রজনী চংঙকই ; রা হায়বা ঙমদে, তুমিন্না লেপ্তুনা লৈ)

ব্রজমণি—(রজনী উত্থনা) করিনো রজনী নংনা লাকপদি ?

রজনী— খুড়াইবুংঙো ! ঐগী ইচা অপিশক অদো য়াম্না কম্না নারে, মৈতৈ মাইবনা য়েংবদা ফবা ওমদ্রে । খুড়াইবুঙোনা অমুক্তা মুংশিবিয়ুবা ।

ব্রজ— রজনী ! ঐ থবক থরা চিল্লি, অদুনা অতৈ অতোপ্পা ডাক্তর অমদা হায়রুচো ।

রজনী— খুড়াইবুঙো ! অতৈ ড'ক্তরদা হায়জরুবদা শেল পিজবা ওমদবনা কমা'মতমা অনিরকশুনা লাকপিয়ু য়াদ্রে ; অদুনা অসিদা লাকচরিবসিনি

ব্রজ— নংনবু শেল রাৎপরনে ? নখোয়দা ইতত্তুনা বসন্ত লাক-পদাইনে ; মঙোন্দগী লৌদনা ।

রজনী— মহাকসু ওসি নিনি ছুমনি শুরে লাকখিদবা ।

ব্রজ— অদুগা ময়ুমদা চৎলুদনা ।

রজনী— মহু য়াদহুনা য়াম্না আশা তৌনা খুড়াইবুঙোগী নাক্তা লাকচরিবসিনি ।

ব্রজ— রজনী ! থজিক্তা হায়বদা থগু । ঐবু রা য়াম্না ওাংহনগনু চৎলো, চৎলো ।

রজনী— করম্না চৎচগনি । (চংশিল্লকুনা ফমথবা) অনাবা ইচা থাদোক্তুনা খুড়াইবুঙোতনদি মুংশিবিরম্বা য়াই হায়হুনা মফম অসি তান্না লাকচরিবসিনি । মতিক চাত্রবসু ওমজবা থরদং ওইরবসু কৎচগে । লাইবক থীরবী ঐগী ইচা অসে অমুক্তা য়েংনিয় ॥

ব্রজ— করি কান্ননবা, রা য়াম্না ঙাংখ্রেদা। রজনী! নচাগুম্না নিংগদবা ননাও মুপাগী মফমদা নত্তবা রাখল খনবা ঙম্বা লমচং নাইদবী, নংগী নয়ুমদা চংহুনা ঐগী মিংচং থিহন্নিংদে, চংলো চংলো।

রজনী— মহুগীদমক্তরা খুড়াইবুঙো? মীবু মাংননবা শিনবনা মথোদাং ওইরবা মীশিংনা ঐবু অহুম্না পাউথোকপিরি, খংদ-উদবা লৈত্রবা ইবুঙো মহাক্তনদি উর্বিরিগনি। ফরে, ঐবু লমচং নাইদবী ওক্তবীনিম্নু হায়না লৌবিরি, অহুবু লমচং নাইদবী মমা ওইবিদি মচা মুংশিবা খংত্রবরা? ডাক্তরগী মফমদবু ওক্তবী অওকপী খায়বরনে? কৈদৌবগে খুড়াইবুঙো! ঐগী ইচাবু অমুক্তদি লাইয়েংবিয়ুবা। লায়রবীগী ফিজিগী লন, থম্মোইগী মণিবু খুড়াইবুঙোগী মফমদগী ফিগাও শানা নিজরি।

ব্রজ— মীনা চংখ্রো হায়রবদি হেকমক চংখ্রো। করিনো মসিবু ঙাওবু ঙাওরবরা?

রজনী— মানি, ঐ অঙাওবীনি। মচাগী মৈনা ঙাওরবীনি। অহুবু ওক্তবী লমচং নাইদবীনি হায়না লৌবিরিবা ঐনা মত্তিক চানা শেল পিবা ঙমলম্বা থোক্লবদি, চংনিংত্রবী লমচং নাইদবী ঐগী য়ুম অদো ডাক্তর খুদিংগী কোম্নুং ওইরমগদবনি; ডাক্তর খুদিংগী কোম্নুং ওইরমগদবনি। (চংথিবা)

**Light off**

## ৫শুবা উৎপা

### মতম :—নুমিদাংবাই

### হেমন্তগী য়ুম

হেমন্ত— মোহি ! (মোহিনী থোরকই) মোহিনী !

মোহিনী—করি হায়বগে তামো ?

হেমন্ত— ঙসি নংগী তামোচাবু অফিসতগী কুম্লকঅমত্রিবরা ?

মোহি— কুম্লকঅমত্রিনে তামো !

(রজনী মচা পমত্থনা লাকপা, মোহিনীনা খানা য়েংলম্লগা লৈথোক্লুনা চংখিবা। ঙহাক রা ঙাংবা ঙমদনা তুমিল্লা লেপত্থুনা লৈ)

রজনী— ইবুঙো ! ননাই মুপীনা লায়রবী মমা অমা ওইবনা ইচাবু লাইয়েংবা ঙমজদ্রে, মৈতৈ মাইবনসু য়েংবা ঙমদরে, ডাক্তর খুদিংমক্তা চংজরুবসু মখোয়গী মতিক চাবা শেল পিজবা ঙমদবনা কনাগুম্বা ডাক্তর অমতনা অনিরক শুনা লাকপিয়ু হায়বা য়াখিদ্রে, ইচাবু ফনবা লাইয়েংবা ননাই মুপীগী ইতিক ওইদ্রে ; অত্থনা ইবুঙো, ইচা অসিগী রাখল অমত্তদি তৌবিয়ু ।

(হেমন্ত চংলক্লুনা অঙাং য়েংঙি মোহিনী থোরক্লুনা অঙাং অত্থু লৌরগা ইমুংদা পুত্থনা চংথি। রজনীসু মতুং ইন্না থোং কানশিনগে তৌবদা)

মোহি— করিনো, তামোগী ব্রাস্থ তাদনা ইনম্মনা ইমুংদা হেক চংবদি কদাইদগী য়াগদগে।

রজনী— (হেমন্তগী মনাক্তা চংশিল্লক্লুনা) ইবুঙো! ব্রা অমস্তুংগা —ননাই মুপী অমগুম্না সেবা ফংজত্রবস্থ অরৈবা মীনাই অমগুম্না, ইচা অসিনা নাবা ফজ্রিবা ফাওবতদি নোংমা নিনিদং ঐবু মফম অসিদা……।

মোহি— অঙাংগী মরিদগী য়ুম অসিদা লৈবদি কদাইদগী য়াগদগে। অঙাং অসিদি তঙাইফদে, ·ঐখোয়না য়োকফম থোকই। শিরবস্থ চংলবস্থ ঐখোয়গী দায়িনি, ইনম্মনা করিস্থ ব্রাফম থোক্তে।

রজনী— মোহিনী! ঐ অঙাং'সিগী মমানিনে।

মোহি— মমা খংদে, অমা খংদে, ইনম্মগুম্বী মীশক অমগী য়ুম অসিদা লৈফম লৈতে, চৎপিরো। ঐগী ইবুং অসে ফরবস্থ ফত্রবস্থ মীরক তিঙ্গরিবা মীশক অমনে।

রজনী— অচুদি ইচানা অরাম খৌরাংলবা মতমদা কনানা খোম্লাং ইনবিগনি। ইচা অচুনা কপ্তুনা মখুৎ মচা অচুনা মমা ঐবু মাচুনা থিরক্লবা মতমদা……নত্তে নত্তে মোহি! ইচা অচু ঐঙোন্দা পিরো।

মোহি— নংগীনা নচানে, ঐগীস্থ ইয়ানে, ঐখোয়গীস্থ ঈ-নে; করিস্থ ব্রাক্লস্থ, ইরাইনা য়োকচগনি।

রজনী—(হেমন্তগী মখোংদা তুথবা) ইবুঙো! কৈদৌবগে, ইচা নাবা

ফত্রিবা ফাওবতদি অরৈবা মীনাই মুপী অমগী পান্দমগুম লৈজগেবা !

হেমন্ত— র-জ ।

মোহি— করিনো, মীনা চৎপিরো হায়রগা, মাই খুবগী মথক্তা অমুক্তা মাই খুহনবিগে তৌবিরিবরা ? চৎপিবে', করিনো শিত্তোকখ্রবা তিনবু হজ্জিনবা য়াত্রা ?

(রজনী খরা চথোক্লুরগা হজ্জিল্লকপা)

রজনী— অহুদি মোহিনী ! ইচা অহু অমুক্তা মপুক থন্না খোম্লাং ইল্লরমখিগে ।

(মোহিনীনা থোং লোনশিনবা, রজনীনা থোংদা থিনবা)

মোহি ! মোহি ! কৈদৌবগে, খোম্লাং অমুক্তা ইল্লমখিগে ।

(হেমন্তগী য়াকা য়েংহুনা লৈবা । রা হায়গে তৌব' হায়বা ঙমদবা । খরা খরা চৎপা হৌই, অঙাং কপলক্লুনা রজনী চেনশিল্লকই)

হেমন্ত— রজনী ! (রজনী চংবা ঙমদবা, য়াম্না রানা হনখিবা । হেমন্তনা খাম্বা ঙমদবা ; মোহিনী ওহাক লৈরগা থোরকই)

মোহি— তামো ! অঙাং অসি করিসু তৌরোই ।

হেমন্ত— হাঃ করিসু তৌরোইদ্রা ? (চংখিবা)

মোহি— মানসু ইমুং অসিদা অমুক্তা হন্না লৈগদবগী হোৎনজবা শারিনেসে । হুমঃ [হেমন্ত থোরকই]

তামো ! ওহাক পোত্থানবা ঐ চা-কা লৌথোকলুখিগে ।

হেমন্ত— তামো চা থক্লরোই, ওকএ । হন্দক বসন্তনা তৌবা থৌদ্রো অসিদি…… ।

মোহি— হোইনে তামো ! অদুবু ঐখোয়গী তামোচাবু লুহোংলবা তারবরা ?

হেমন্ত— লুহোংবা অসে মশানা পামদ্রে হায়না নংগী তামোচানা খুড়াইবুঙো ব্রজমণিদা চিঠি অমা পিরকই হায়।

মোহি— অদুদি লুহোংবা কায়বা তারবা ?

হেমন্ত— নংগী তামোচাগীদা কায়বনি, মীগী মচাদি তেক্তকায়দনা হোংখিগদৌরি।

মোহি— কনাদা অমুক পিখ্রে হায়বগে ?

হেমন্ত— মমাংঙৈদসু থরা খরা হায়ন-শিংনবা উরিপোক্তা লৈবা প্রোফেসর থোকচোম গোপাল বাবুগী মচানুপা বীরমঙ্গল হায়বদুদা পিখ্রে।

মোহি— (শ্বাই লাউনা) বীরমঙ্গলদা !

হেমন্ত— কৈদৌরে ?

মোহি— করিসু তৌদে, ওন্তোক্না থাজদনা থোকখ্রেদা।

হেমন্ত— অসি ঙাক্তনি নুপীমচা ! ওইগদবোই খনবনা ওইদবা, ওইরোই নিংবনা ওইখিদুনা ওন্না তৈননা অসুম থাজদনা লোই-খিগদবা মীওইবগী পুন্সিনি।

মোহি— তামো ! সোরোবু বীরমঙ্গল হায়বা নুপা অদুদা হোংগনি হায়ববু সোইদ্রবরা ?

হেমন্ত— শোইদ্রবনি। (মোহিনী থরাই নুংঙাইতনা চংখি, বসন্ত চংলকই) বসন্ত ! নং ইন্নাদগা রা থরা ঙাংনখিসি।

বসন্ত— করি ওইরবনো ?

হেমন্ত— নংনা হন্দক তৌবা থৌদৌ অসিদি ইয়াম্বদি ওন্থোক্লা ইকাই-খ্রেদা। ইয়াম্বগী মাই করি'মত্তা য়েংদেদকো। ঐনা থল্লন্মী—নহাক্তি ঐনা হায়বতা ইনগনি হায়না, অদুবু লাল্লমে ঐগী রাখল।

বসন্ত— তামোনা হায়বা রাদি পুন্সি অসিদা ইল্লক্লিবনি; অদুবু হন্দক্কী রাফম অসিসু ইল্লগগদবদা……।

হেমন্ত— করি তৌরবা ?

বসন্ত— তামোনা ইহল্লন্দবনি।

হেমন্ত— মতৌ করম্না ?

বসন্ত— তামো! মসিগী মরমদা ঐ রা কয়া ভাংনিংদরে; তামোগী নফমদা হায়নিংবা রা কয়ামরুম হায়দোক্তনা থাংলক্লবনি। ঐবু রা মথা অমুক তাহনবিরগনু।

হেমন্ত— বসন্ত! হায়নিংবা রাদি হায়দোকপনা ফৈ। থুপকনু, চিংনবা লৈতনা হায়য়ু।

বসন্ত— তামো!

হেমন্ত— হায়য়ুনে।

বসন্ত— করিগীদমক্তা ইতৈমবু য়ুম অসিদগী তাম্থোকপিখ্রিবনো ? তামোদা ইতৈমনা করি অকায়বা চৎলমই ? ইতৈমগী মরাল করিনো ?

হেমন্ত— হৌখ্রবা, লোইখ্রবা রা অদুগী মরমদা নংনা অমুক ইনৌ নৌনা হৌদোক্লকপগী করি কায়ে। অদুগা মদুগী মরমদদি নংগী নফমদদি হায়সু হায়নিংদে।

বসন্ত— তামোনা হায়বিনিংঙ্গবস্থ ঐস্থ খংদবা নত্তে, খংঙি। খংনা খংনা নহানমথৈ লোন্থোক্তবগুম তুমিন্না খাংহনা লৈজরকপনি। অহবু ঙসিদি ঙাংনবা হৌরবনিনা নহালমথৈ ওমচাক্লনা ফুমহনা থম্লকপা পুক্লিংগী রা লোইনা ফোংদোকচবা তারে। তামো! হন্দক্তি পুক্লিং খরা মুংশি, মপান্থোংদা মিত্তা পি তাদে হায়বতনি; ওমচাক্লনা চাক্লিবা ঐগী থম্মোইমুংগী মৈচাক অসিদি কনা'মতনা উরম্মোই। তামো! ঐ অসে ইমা অমত্তগী গর্ভদগী তামিন্নরকপা ননাওনিকো। নহাক্না ঐবু থাজদ্রিবা করিগীনো? পাবুং অমস্তুং ইমা লৈত্রে, পূম্নমক লৈতঙৈদগী তামোনা ইপা-ইমা শকুনা ঐবু য়োকপি-থাকপিরকপা নত্রা? তামোনা হায়বা রাদা অফবা খংদে, ফত্তবা খংদে তামোনা হায়বা ইন্দুনতা লাক্লিবনি। মুপী ওইবী মরাইবক থিরবী ইতৈমগী পুন্সিবু অরেম্বদা মাংহনবগী মহুত্তা, তামোনা ঐবু অহু য়োনা চিংনবিরবদি নখুৎমক্না ঐবু হাক্তোকপিবা য়াত্রা? নত্রগা ঐবু চৎখ্রো হায়হনা য়ুম অসিদগী তান্থোকপিবা য়াত্রা? তামো! মীগী মীরা লৌহনা করিগীদমক্তা পোকমিন্নবা ননাও মুপাবু অহু য়োনা থাজবিদবগে? করি পুকচেল কৌবগেনে তামো! মরাল লৈজত্রবী ইতৈমবু লৌশিনবিয়ু; ঐ য়ুম অসি থাদোক্লুনা চৎচখিগে। মহু ফাওবদা তামোনা ঐবু থাজবিবা ওম্বীত্রবস্থ নখুৎমক্না ঐবু হাক্তোকপিয়ু। (Pistol শংলগা Table দা থম্বা)

হেমন্ত— বসন্ত !

বসন্ত— ঐ ইশানা য়ানা হাৎহনবনি হায়না খুৎকী সহি থমজরমগে ; ঐবু হাৎপিয়ু।

হেমন্ত— বসন্ত !

বসন্ত— ইতৈমগী পুন্সিবু মাংহনবতা নত্তনা, ননাও মুপা ঐগী মিংচৎপুম্ন লৈখা তানা মাংহল্লে ; মাং-তুং নাক-য়েৎ মাইকৈ পূন্নমক্তা ঐগী মাই থম্ফম লৈত্রে ; বদনান্না রা-রা লাউরে ; ইমান্নবা মরক তিনবা য়াদ্রে ; অনিশুনা ফমিন্নবা য়'দ্রে ; ঐগী লৈফম লৈত্রে। ঐনা অমুক হিংদুনা লৈরুবগী করি কান্নগনি। অরেম্বা পুন্সি, কান্নদ্রবা থরাই অসিনা তামোগী সুংঙাইতবা চিংনবা পূন্নমক কোকহঞ্জরল্লগে ; ঐবু হাত্তোকপিয়ু।

হেমন্ত— বসন্ত !

বসন্ত— পোকমিন্নবা ননাও ঐবু অদু য়োনা থাজবিদবকো তামো ! নহানমথৈ ফজদে হায়দুনা তৌবনি, হৌজিক্তি ফজদবগী ফজদবা, য়ুম অসি থাদোক্তুনা চৎখ্রগা লোইরে। অরানবনা কনানো, অচুম্বনা কনানো হায়বদু খংলবা মতমদা তামোগী সেবা তৌজরগে। (খুরল্লগা থোকখিবা)

হেমন্ত— বসন্ত ! মোহি ! মোহিনী ! (মোহিনী থোরকই)

মোহি— করি হায়গে তামো ?

হেমন্ত— নংগী তামোচাগী Pistol অসি মাগী কাদা থরা থম্বীরু ; গুলি য়াওরিমাল্লে পায়-লাক্তুন শাম্নরুগদু।

মোহি— তামোচাদি কদাইদা চৎখ্রবা ?

হেমন্ত— য়া অম'নি হায়নবদগী মপুক্লিং য়ারৌতুনা কৌবকা তাদনা চংখ্রে। (মোহিনী পিষ্টল পায়রগা পিষ্টলদা য়েংলগা মখা চিক্কুনা চংখিবা)

Light Off

## ওশুবা উৎপা

### লম্বী, মুমিদাংয়াই

(বীরমঙ্গল অমসুং কুমার য়ারি শাত্তুনা থোরকই)

বীরমঙ্গল—কুমার বাবু! শোয়দনা লেংওক্কবা য়াদেকো।

কুমার— কারগুম্বা ঐ হশা লাকত্রবসু ঐগী জিপাতি শোয়দনা থাজরক্কনি। নত্তে, লুহোংবসিবু মশেম শোইত্রবরা?

বীর— শোয়দ্রে, মুমিৎ অসিদি duty পূর্ণমক কাইথোকপিত্তুনা লাকপিদবা য়াবা নত্তে।

কুমার— ঐনা মমাংঙৈদা তাজখিবদি — হন্দক বীরমঙ্গল বাবুগা লুহোংগদৌরিবা মুপীমচা অসিদি ঐথোয়গী বসন্ত বাবু C. I. গা হোংগনি হায়না তাজখি। অত্তবু করম্বা মওং-দগীনো তৌরকইবসিবু?

বীর— মসি কুমার বাবু! ঐ করিমত্তা খঙজদে. ঐগা লুহোংগনি হায়না তৌরিবা সরোজিনী হায়রিবা মুপীমচা অসি ঐদি

মশকপু খঙজদে। ঐখোয়গী Father খোয়না হায়বগী হোংগদৌরিবনি।

কুমার— হঃ হঃ খঙজরে বীরমঙ্গল বাবু! লুহোংভমদাইসিদা পংলাপ লাপ্না চৎথোকাপিগন্নু, লৈবীহৌরোনে।

বীর— অস্থরাই ফাওবা থিন্দোকচখিগে লেংবিয়ু। অদু কুম'র বাবু! ঐগীদি হায়জারিবাসিনি, ঐগীদি কনাগুম্বা লুনা তিন্নবা মরুপ মপাং লৈজদে শোয়দনা লাকাপদবা য় দে।

কুমার— য়ারিবমথৈ ঐ শোয়দনা লাক্লবা হোৎনজগে।

(থোকমিন্নখিবা)

বীর— (মন্নুংদা) বাই বাই।

কুমার— (মন্নু'দা) বাই বাই।

(বীরমঙ্গল মপুক্লিং হুড ইনা চুই খেংত্তুন থোরকই; মপাল-লোমদগী নোংমৈনা কপ্লক্তুনা বীরমঙ্গলদা পান্দুনা বীরমঙ্গল তুথখ্রে)

বীর— আঃ

(মোহিনী মশম-মনা ইফা ফারত্তুন' মখুৎতা নোংমৈ পায়রত্তুনা চেনশিল্লকই)

মোহি— ফরিভৈদনা লৈদগী হেন্ন' থোৎপী, ফজ্রগনা বজ্রদগী হেন্না কল্লবী মোহিনী ঐবু হৌজিক্তি মশক খঙলবরা? বীরমঙ্গল!

বীর— (য়াম্না য়ানা) মোহি!

মোহি— মান্নি, মোহিনীনি। (বীরমঙ্গলগী খজাইদা থুপাক্লা খাবা) ইপুরোইবগী মনাক্তা লৈজবী ঐবু নংগী লৌনস্থা নমথাক

রাহৈনা ইপামদা হল্লকহনখিবা ; পাম্মুবা লৈতনা ইরল পূম্নমক নঙোন্দা পিথোকখিবা ; ঐবু অমুবী লিন ওইহল্দুনা ইবুংশিংগী কাংখদা লৈহল্লগা ইমুংগী মাং-তাক্লবা শিহল্লনখিবা ; মুপী ঐবু হৌজিক্তি মশক খঙলবরা বীরমঙ্গল। (খোংপাকনা নেৎপা)

Light Off

## ৭শুবা উৎপা

হেমন্তগী য়ুম, মুমিদাংবাই

(হেমন্ত রাখল তৌহনা ফমহনা লৈবা)

হেমন্ত— হাঃ হাঃ হাঃ অসিরা সংসার। (Chair দা ফম্বা)

(মতম অসিদা মোহিনী Pistol পায়হনা চেনশিল্লকই)

মোহি— তামো ! তামো ! (হেমন্তগী মখোং ময়াদা তুখবা)

হেমন্ত— মোহি ! (মোহিনীগী লেংজুম পায়হনা চিংথৎলী)

মোহি— তামো ! তামো ! হৌজিক্তা নিংঙমদ্রবা মৈনা থম্মোইগুদা। অতৎপা লৈতনা চাক্লক্লেনে তামো ! তামো ! অপংবী নচলনি খন্দুনা ইরাল অমুক্তা ঙাকপিয়ু।

হেমন্ত— কৈদৌরবগে মোহিনী ! ঙসি নংনা তৌরকইবা মতৌ অসিবো। হায়য়ু তামোদা ; করি তৌরবগে ?

মোহি— তামো ! ইশাগী ওইজবতা য়েংলবী মীহৌ চাউরবী নিঙোল ওইবী নচল ঐগী থৌইনশিন্দগী তামোবু নত্ত-নত্তবা রাখল

খল্লন্দুনা ওন্ন-তৈনবা থবক য়াম্না তৌহনখরে। তামোগী কোক য়াম্না চাউহনখ্রে তামো ! অপংবী নচলনা হৌজিক্কি অমুক থুপ্পুনা থম্বা ঙম্মক্করে। অথিবা মিংচৎনা মাংওইনহুনা মপামদা হনখ্রবী ঐগী মুংশিজরবী ইনম্মা রজনী অদো মরাল লৈজদবীনি। লমহেনবী মচল ঐগী দমঙ্গা ৱাজরবা তামোচাস্থু মরাল কার্’মত্তা লৈতে, পূম্নমক অসে শ দগীস্থু হেন্না তোল্লবী, মীওইবগী জ্ঞান লৈত্রবী পংলবী নচল ঐগী থোইনশিন্দগী থোকখ্রবা ঙাক্কনি তামো ! শা ঐগী লৈফম লৈতরে, মৈদগী হেন্না শাখরে ; ঐ—ঐ—মী—মী হাৎলুরে তামো !

হেমন্ত— কার হায়বা মোহিনী ! নং মী হৎলুরবা ?

মোহি— হাৎলুরে তামো ! ঐবু নওবা লম্বীদা লমজিংখিবা, ঐগী পুন্সিবু মাংহনগে থৌরাংবা, তৌবিমল খংদ্রবা পাপী বীরমঙ্গলবু…… । (হেমন্তনা মোহিনীগী মচিন মেনবা)

হেমন্ত— লাও মোহি ! ইমুংদা চংশি ; তুমিন্না লৈযু।

(মতম অসিদা বসন্ত চংলকই)

বসন্ত— মোহি ! নং মী হাৎলুরে হায়বসি অচুম্বরা ?

মোহি— অচুম্বনি। (মোহিবু ইনবা, মোহিনী তুবা)

হেমন্ত— মোহিনী !

মোহি— অচুম্বনি তামো ! হায়বা ইন্দ্রবী অপংবী নচল ঐহাক ঙসিদি মিৎ পাংলে। (বসন্তদা কোনবা) তামো ! তামো ! নহাক্কী নফমদা লানখিবা পূম্নমক পংলবী নচলনি থন্দুনা

অমুক্তদি ঙাকপিয়ুকো। তামোনা রারকপদা লম হেল্লবী, হায়বা ইল্লক্রুবী নচল ঐবু ঙসি অমুক্তা পুন্সিগী অরোইবা রারক পিখোগবা তামো। ( নোংমৈ খুনবা ) তামো! ঐ মীহাৎপিনি, মীহাৎপিদি খুদক অসিদা ফাবা লাক্লগনি, ফাঁসি ভোরগনি। তামো! নখুৎমক্রা নচল ঐবু হাৎপিরো। পুন্সি অসিদা নংনা হায়বা ইল্লক্রুবী নচল ঐগী ইফমদা, মত্তুনা হায়বা ইনবা শকচখ্রগে।

বসন্ত— মোহিনী!

মোহি— তামো! ঐগী থরাই লোবিরোনে। মবুংনা মচনবু পুন্সিগী অরোইবা রারকপদো অমুক্তা ফংজখিগেনে তামো! ( মখুত্তুগী নোংমৈ মবুংনা লোবা )

বসন্ত— নুপীমচা! মোহিনী! নংনা মতম অমদা ইবুংনা হায়বা ইল্লম্লগদি...........।

মোহি— ইল্লম্লগদি ঙসি মিত্তো পি তারম্মোইদবনি অত্তুবু রাখল থেনবী নুপী ওইবী নিঙোল নংনা থোকহনবা ঙাক্তুনিকো।

হেমন্ত— বসন্ত! মতম অমদা নংনা হায়বা খরদং লোয়ম্লগদি......।

বসন্ত — তামো! মত্তুগী মতম হেনখরে, ইচলনি হায়দুনস্থ ঙসিদি মহাকপু ঐনা ফাত্তুনা পুবা তাব্রি।

হেমন্ত— বসন্ত!

বসন্ত— মসি থোক্লিভৈ মমাংদা ঐবু হাত্তোকপিরো', অত্তুগা মোহিনীবু 'মী-পোং উদবা মফমদা থাপ্পা পুত্তুনা চৎপীথরে', নত্রবদি...।

হেমন্ত— হাঃ করি হায়বা ! ( মোহিনীগী খুদাং পায়রুনা ) মোহি ! লাও চৎসি লাও । নং হাল্ডে হায়বসিতা হায়রু । নংগী ত'মোচা লৈরি, ঐ লৈরি নং করি চিংনবগে ?

মোহি— তামো ! মচুগী মতম হেনখরে, অরেম্বনি ।

হেমন্ত— ( অশাওবগা কপ্পিংবগা যান্নরুনা ) নং য়ারয়োইদরা ? (নুংশিনা) মোহি ! নং তামোনা হায়বা ইল্লু ।

মোহি— তামো ! পূম্নমক অরেম্বনি ; পূম্নমক অসি ঐগী থৌইনশিন্দগী থোকপনি । সোরোগীসু মরাল করি'মতা লৈতে মহাকপু লাল্লা লৌবিগনু । পূম্নমক শেংদোক্লে, অচুবু মতম অসিদা মরাল লৈজদ্রবী সুংশিজরবী ইনম্মা রজনী অচুভগা উন্নজরবদি ওস্থোক্লা সুভাইখ্রিনিদকো ; ইনম্মা অদো লাপ্পখিদ্রবনিদকো ।

হেমন্ত— অচুদি············( শাউত্নুনা মচনবু ইন্থোকপা )

( মতম অসিদা কুমার S I. না চিংজুনা Constable ২ ৩ চংলকই ; বসন্তদা সলাম তৌই । বসন্তনা সলাম ওকই )

কুমার—Sir duty.

মোহি— য়াগনি ।

হেমন্ত— মোহি !

মোহি—তামো ! লাপ্পদ্রবী ইনম্মা অদো নহাক্লা লৌশিনবিয়ুকো । হায়বিয়ু তামো ! নচলনা নিংবা থুংহনবিরোইদরা ? অমুক্তা হায়বিয়ু তামো !

হেমন্ত— মোহি ! ইবুংনা নংগী নিংবা শোয়দনা থুংহনগনি ।

মোহি— লুংঙাইরে, পেন্নে, ঐনা নিংবা থুংলে। পাউখোকসন্নু, লৈবাক্সা ঐবু "নিঙোল য়ুমগাইবী" হায়না। ঐ ইশানা তৌজবা কর্ম্মগী মহৈ কংজবগনি। ( হেমন্তদা খুরুম্বা ) তামো! ( বসন্তদা খুরুম্বা ) তামোচা! চৎলগেকো তামোচা! ইনম্মা! ঐগী লুংশিজরবী ইনম্মা! মতম অসিদা নংদদি উন্নরেদকো। ইমাদগীম্নু হেন্না লুনা তৌবিরম্বনি, অদুবু অপাংবী নচলনা খংথিরেদকো ইনম্মা। তামো! ইবুঙো মচাগী শঙ্গোম পিথকপা মতম কাউবিগন্নুকো। লেংঙসি। ( মোহিবু পুনবা, সলাম তৌবা )

হেমন্ত—মোহি!

মোহি—তামো!

[ যবনিকা তপ্পা তপ্পা হাইজিল্লকই, মৈ মুৎথরে ]

*The End*